[ পুস্তকালয়গী সাহিত্য পরেংগী অহানবা, লৈরাং ]

# থম্বালনু শৈরেং।

অইবা —

শ্রীএমঃ নন্দকিশোর শর্ম্মা

পারঙ্গত, শিক্ষণ কলা প্রবীন।

হিন্দী অধ্যাপক, ৱাংজীং সেকেণ্ডরী স্কুল।

থোকহংবা—

শারদা পুস্তকালয় য়াইরিপোক।

# কচ্চবা

মালং সংসার থাদোক্তুনা
প্রভুগী থুয়া তানথবা
পূর্ব্বাশ্রম ৺ইবোন্নী শর্ম্মা
পাবুংহনগী থুয়াথাদা,
'থম্বালনু শৈরেং' কৌরবা
লৈচন চাত্রবা পীরুবা
মিংলু পিরাংগা লোয়ননা
কচ্চরি তোল্ল-নচানা;
লৌবিয়ুকো থুংথেংননা
তোল্লবা নচা তোম্পোকী
থম্বাল লৈরাং নাচোমসে -
লমন শিংবা শকচগেকো।

নচা—
শ্রীনন্দকিশোর শর্ম্মা

শ্রীনন্দকিশোরনা ইবা 'থম্মালম্নু শৈরেং' পাবদা য়াম্না নুংঙাইবা পোকই। মৈতৈ সাহিত্যাগী মচাক থাক্তে, থিবা রাক্তুনা লৈবনি। শ্রীনন্দকিশোরনা অনৌ-অনৌবা শৈরেং ইরকখিগনি, সাহিত্যাগী সেবা মপুং ফানা তৌরকখিগনি হায়না ঐনা আশা তৌই।

শ্রীইবোতোম্বী সিংহ
তাং ৫ | ১০ | ৬৬ ইং, ইন্সপেক্টর অফ স্কুলস, মনিপুর

শ্রীনন্দকিশোর শর্ম্মনা ইবা 'থম্মালম্নু শৈরেং' কৌবা কবিতা পাজরে। কবিতাগী ছন্দ কায়দনা নাটক অমনা ফোংদোকপা ওম্বা রস পূন্নমক নিংথিনা ফোংদোকপা অসিদা য়াম্না নুংঙাইবা পোকই। থুপতুনা লৈখ্রবা মৈতৈগী অরিবা রারী অমসুং লোলবু অমুক হন্না পুথোকপিরক্তুনা চাও-খৎনবা হোৎনবিবগীদমক কবি অসিবু থাগৎচরি। কবি অসিগী তুংগী য়াইফবা ফজমং পূন্নমক্তা নিংজরি।

শ্রীলোইতোংবম গোপিমোহন সিংহ
হেড মাষ্টর, য়াংজীং সেকেণ্ডরি স্কুল।

## ২. থৱদং।

‘থম্বালনু শৈরেং’ কৌবা লাইরিক মচা অসি ইবা লোই-জরদুনা ময়াংমগী মাংদা লাপ্লোকচরি। লাইরিক অসি ইতিহাস নত্তে। মরম অসিনা ইতিহাসকী থৌদোক লাল্লি হায়না হায়বীরোই নীংঙৈ। মাওইবনা হৌখিবা থৌদোক রারী অদুমক নীংথিনা চন্না থোংচিলহোত্রবা থৌদোক রারীবু কায়দনা লীবা —ইবা হায়বা অসি য়াম্না অরুবনি। অদুনা ইতিহাস হায়বা অসিগী মন্নুংদা অরানবা কয়ামরুম য়াওই হায়না পণ্ডিতশিংনা হায়নবা অসি অচুম্বনি। মতৌ অসুম্না য়াইরিপোক থম্বালনুগী রারীসু অহল-লমনশিংগী মত থরা খেন্নে। তৌইগুম্বসুং থৌদোক অসি থোকখি হায়বসিদি থাজনীংঙাই ওইরে।

য়াইরিপোক থম্বালনুগী থৌদোক রারী অসি লেখকনা হংজ-থিজরুবদা য়াম্না রান। খংনীংঙাই ওইবা অমসুং অখংবা অহল-লমনশিংনা তাকপিরকপদসু চিংনবা মরম থরা য়াওই। মতুদি—

**থম্বালনুনা পোকপা অমসুং পোক্কফম—**নুজা থম্বালনু অসি য়াইরিপোক্তা লাংওল্লি হায়বা অসিমখোদি থ্বাইনা হায়নরে ১সুং অয়াম্বনা থাজনরে। পম্থো য়াওদনা নাউয়োকই হায়বা অসিসু হায়নরে। তৌইগুম্বসুং নুজানা পোকপা অসি য়াইরিপোককী করি লৈকাইদনো হায়না হংবদা পাওখুম অমত্তা তিন্নদে। কনানা হায়— থম্বালনুনা পোকপদি য়াইরিপোক তোপ চীংথাদনি,

কনানা লৈম্নাইদি, কনানা নীংথৌনাইদ'নি কনান বা'মান লৈকাই-দ'নি অমসুং কনানা য়াম্বেমদ'নি হায়বনৈ। মথাম অ'সিগী মসু দগী অযাম্বনা থাজনরিবা অসি য়াম্বেমদনা নম্না থ'ক্তনৈ। য়ুইবিপক হায়বা মিংখৈ অ'সিসু য়াম্বেমদগী হৌরকপনি। য়াম্বেম্না য়ু'ই-পোক্কীময়ায়নি।

শাগৈ:—থম্বালনু অ'সি করম্ব শাগৈদ' পোকপগে হায়বগী মগা দসু মত খৈন্নে কনানা রাহে বমনি হ য, কন'ন রয়ীবন • হ য় অমসুং কনানা শগোল্শেম। অ'মুন্না মত অমত্রা নান্নদে। অংবু শগো'ম-শেমদা ওইগনি হায়বা অ সনাখরা যামই ময় ম্না থ জনবা হেল্লি।

মসি পূম্নমক অ'তৈনা নত্তে। মতম অদুদা খোং'চল-হৌদবা মরম্ন'ন মতম অদুগী মৈতৈ সমাজগী ফিভমদসু থবা থম্ননীংঙাইনি। গম্ভীরসিংহ সনা হ ক্রুক্তা অরানা লানদারকতুনা মৈতৈ অসি য়াম্না থুদোং থ কবদগী থরা থরা কে'ক্লরকপা মতমগা ওইবনে. শিক্ষ'গী ব্যবস্থা ফত্তবনা অসিগুম্বা রা'রী অমদি থৌদোক অসি ইতিহাসকী লামায়দা ময়েক লানা ইদুনা থম্লরবদি 'তুংদা মৈতৈ চনুগী অফ-মি'চংকী নীংশিংনবা ওই-হৌগনি হায়বগী রাখলগা চেন্দবনে, থৌদোক রারী অসি নোংমা বোংমগী কাউনথিবনি। মসিগী মরম্না মাপ্নী রারী চুম্না লৌ'বিবা গুম্না অসি হৌজিক্তা থরা তাঙনা থোক্লিবনি।

'চিংশবা থরা অসি লৈয়বসু মৈতৈচনু থম্বালনুগী পুম্নিলা-কাদোকপগী পূর্বচেল মরীক অমত্তা ওইরবসু রাওবা রারী অসি ভাজরবদগী 'দাইরিক মচা অসি ইরবনি। মিজাগী থাক্তা লৌবোং-বোংবগী রাংথবলাক্লিবা মৈতৈ সমাজদা 'খুবকপরবা-অহানা

শৈশুবা বাবী কয়া পুশেপকতুনা সাহিত্যগী লৈচন ওইরবা মতম অসিদা পিকখুবা লাইবিক মচা অসি মুক্তা থম্বালনুনা মপাগী ওইঙ্গন থাদোকখিবগী মবমদা খংনীংবগা লোয়ননা অমুক্তং পাংথরবদ লেপ্রা হেংনচবনী হৈ হয়লে খল্লগনি।

শাংবদা পুস্তকালয় য়ুম্বীবিপারা লাইব্রিক অসি ফোংবীরে। মসিদমক্তা পুস্তকালয়বু লেখক্কী মায়কৈদগী তৌবীমল থংবা উচ্চরি। লাইব্রিক অসি ইক্ষবদা বহৈ ব্রাণ সুংঙাইহৌবনচিংবা শেমদোকপিবা অমদি প্রকাশনগী মতাংদা খুদোংচাবগী সজেশন কোবীবা শ্রীমান এম ইবাহল সিংহ আজাদ এম, ই, স্কুল অমস্তু শ্রীমান নিংথম শর্মা শাস্ত্রী. আইডিয়ল জুনিয়র হায় স্কুলগী ওজা অনিগী মফমদা পুনসিসিমগী শিংবা ওন্নয়োইদবা লান অমা লোনশিন্নবা। লাইবিক অসি অমুমুক্তং নীংখিনা পবীদুনা ভৃগী উৎসাহ থবদং পীনবীবগা লোয়নবা অহেনা ফোরবার্ড হৌবীরকপা শ্রীযুক্ত ওজা ইবোতোম্বী সিংহ, ইন্সপেক্টর ওফ স্কুলস্ মনিপুর, অমস্তু শ্রীযুক্ত লোইতোংবম গোপীমোহন সিংহ, হেড্ মাস্তর, রাংজা সেকেণ্ডরী স্কুল ওজা অনিবু ঙমখৈ লৈতনা থাগচ্চরি। অরোইবদা থম্বালনুগী রাশ্মী কসি নীবিরকপা মায়কৈ অসোমগী অমদি রাঙ্গাই বস্তিগী অহল-অমনশিংবু ইথোইগী, মায়কৈদগী তৌবামল থংবা উৎচরি।

লাইব্রিক অসি পাঠকশিংনা পাবিদুনা নৈনবীরগা অশোয়-অয়ান খিবাক চুমথোকপিরকপদা লেখক্কা হিতৈসী অমা ওইনা মরুতুনা থয়াঙনা ইক্ষলবি।

শ্রীনন্দকিশোর শর্ম্মা

তাং-২৪ | ১১ | ৬৬ ইং।

## প্রকাশককী মত খরা।

শারদা পুস্তকালয় :— রংনা লৈববা ইরৈবাক্কী সাহিত্যবু অমুক্কা হেন্না রাংনবা মচাক অমত্তা পুথোকচবা ডবংতগী ওইবা লাইব্রেরী অসিনা ঙমজবগী অশা কোঁজদে ‘তাংবং শুমংহনাংঙাই ওইরবা মৈতৈ সাহিত্যগী লৈনম অমসুং অশেংবা লৈশকপু মায়কৈগে অসোমগী ওইবা মীওইশংবুসু ফংহনবা অমসুং খংহনবা’ অসিনি লাইব্রেরী অসিগী আশ।

ইরৈবাক্কী সাহিত্য সেবাবু মপূ ফানা ফজগে নিঙবরিবা শ্রীনন্দকিশোর শর্ম্মনা মাগী ‘খম্বালম্বু শৈরেং’বু লাইব্রেরী অসিদা তরাই তরাইনা শিন্নবিরক্কনি হায়বসি থাজবগী রংমদা লৈবম্বা রাফম্নি। অদুবু শ্রীশর্ম্মানা লাইব্রেরী অসিবু মুংশিংবিবদগী অমহিক্কা লাইব্রেরী অসিনসু পামজবা রাফম অমা ওইনা থোকপদগী লাইব্রেরীগী ইহান হানবা থোরম অমা ওইনা ‘খম্বালম্বু শৈরেং’ হায়বা লাইরিক মচা অসিমতুং শোক ১৯৬৬ কী সেপ্তেম্বর তাং ১ দা ফোংদোকপা ঙমজবা অসিগীদমক শ্রীশর্ম্মাবু লাইব্রেরী অসিগী মায়কৈদগী ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচরি। অদুগা লেখক মশামক্কী অতোপ্পা লাইরিক খরঅমসু শিন্নবিগনি হায়বা তাজবদগী লেখক্কী মকমদা তৌবিমল খংবা ফোংদোকচরি অমসুং মহাক্কী লমন অমা লাইব্রেরী অসিনা তোনশিঙ্গরি।

শৈরেং অসিগী সাহিত্যিক গুন সাহিত্য প্রেমী-প্রেমিকাশিংনা নৈনবিরগা খংবিগনি। থোইদোকপা অমদি— মনিপুরগী ইতিহাসকী গুনবু হেন্নহল্লিংঙাই ওইবতা নত্তনা মৈতৈ মুপীশিংগী হায়দগী

লৈরকপা তোপতোপ্পা থোনা অমসুং থাদোকপা কয়াগী মখিবু মপুং ফানা তারবী য়াইরিপোক চসু থম্বালসুগী পুনশি রারীবু শ্রীশর্মাগী মতম পুম্বদা নৌরবা, মেওুবা রাহৈ রাতানা মপুং ফাবা মওংদা শৈরেংলবা লাইরিক অসি মৈতৈ সাহিত্য লৈকোন্দা অনৌবা লৈশক অমা ওইনা শাৎহনবা য়াগত্রা হায়না আশা তৌজ।

লাইরিক অসি নমজবদা লায়রবা লাইব্রেরী অসিবু সুংশি-বিদুনা হায়জবা পুম্নমক য়াবিরক্তুনা থোরম অসি পাংথোক্লবা হোৎনবদা তেংবাংবিবা এম, গৌরো সিংহ প্রিন্টিং রাক্স, ককচিংগী তৌবিমল লাইব্রেরীনা কাউজদে। লাইরিক অসি নম্বদা পুক্লনচিংবা লৌবগী মরমদা অরাবা কয়া পুবিখিবা শ্রীমান রাই, বিহারী সিংহ, আজাদ সেকেন্দরী স্কুল, য়াইরিপোক্কী হিন্দি ওজাবু তৌবিমল থংবা উচ্চরি।

লাইরিক অসি অহানবা থুৎনম ওইবনা রাহৈগী বানাম্নচিংবা অরান-অহুই থরা য়াওবা অসিগীদমক পাঠকশিংনা ঐখোয়গী ইরান তাকপিগনি।

শ্রীএম, ইবোহল সিংহ

তাং ২৫।১১।৬৬ ইং, সেক্রেটরী, শারদা পুস্তকালয় য়াইরিপোক

তাইবং লৌলাগীদমক থৃংশেম থৃজিন থোৌরাংবা
মপু মাবু থুরুমজৈ তাইবং চৈরাক বায়েনবা।
কপ্পা নোকপা য়াম্না মাগী কুম্মৈ ওইরিবা
নিজৈ ঐনা অসিদং মগুন মাগী শকচবা॥

# থম্বালনু শৈরেং।

অহানবা শৈথন।

তেংথাবা।

—( ০ )—

লুখ্রা শীংঙেল লৈকোন্দা লৈরাং নাইতোম পোমজবী,
লৈরাং লৈখোক তনোম্না মালং তাম্না য়াওনরৈ।
ইনুং শোরা তৈবদা হরাও মীনোক তমজবী
লৈরাং লৈশক থংবীং'না বসন্তনা লাকপদা,
মতম চাদ্রি মতাগুম মালেম-সুংদা সুংবংখি
লৈরাং মাগী লৈনাথক' বসন্তনা লেংশিনখি।
শীংঙেল মাবু ঙাইজবা ওলাংথানা লাকপদা
থম্মোয়সুংদা ওমচাক নীংবা কায়না হঞ্জখি!
ইঙা নোংবু ঙাইজবী-ইংঙেল থাদা শাৎপনা
থংবা ঙমদে কনানা চিন্নদনা কেনখিনি।
অরেম্বদা কেনখিব'দা কল্লকচাউবা তাইবংনা
লৈরাং খোংগুল লীরক্লোই থম্মোই শোকপা য়াওহৌরোই,
লৈনম হুবা মালং'না নংগী নগুন শকহৌরোই
লাইজ-ঈরোমুংদুদা অরেম্বদা মাঙখ্র'নি।
নংগী মিংথৈ তাহৌবা থম্মোই শোকপা কনানা
লৈরাং কোলোয় শকুনা পাম্মুই পাম্মুই শোলহৌনি।

## থম্বালনু শৈরেং

লৈরাং' লৈশক তম্লম্বা শীঙেল' লৈনম শম্লম্বা
নপাম কাগী খোইমুনা লৈরাং' লৈরিক অচম্বা,
নশাং চানা চুপহোদে ভকশি শোন্না লৈহৌনি
কল্লক চাউবা তাইবংনা লৈরাং নংবু কাউবনি।
ওইজম্নিবা মালীনা মতাং চানা হেকহোদে
লৈমা নিংথৌ য়োহোদে মুংশুক্লনা লৈহৌনি।

*        *        *

মৈতৈ লৈম'ই মমোম্লোই হাদ মুম্না থম্বালনু
য়াইরিপোক্তা লাংওনবী লুগ্রাকোনগী অথোইনু।
শক্ত-চন্দ তথোৎপী পোইরৌ পাম্লাল শীংঙেলনু
য়ারা কোলোয় নীংথিবী মিংথৈ লোম্না শাজৎনু।
লাইজ ঈরোল চনথ্রবী মৈত্রবাকী পলেমনু
লায়র-লায়থুং কোকঙমদ লৈত লায়না ফঙমদা,
পু-পাংদি শুদবনা তাইবং খম্না উশিন্তে
মপু সনা মপুংয়াই কপচ লাউজ তাবীদে।
'হাদ চীংঙু নোংদম্বা করি নোংদম কোবগে
মীরাম্লেন্দা পোকহল্লে মীচং মীথায় নাইবি'নু!'

---

## লায়র-খাংলোক।

—( ০ )—

নোংচুপ লোইজী চীংখাংদা গোবিন্দনা ভাগ্তোইবা
নোংপোক ৎারম পাংবদা হ'রি'ই মুখোং ওইরিবা।
শিবলিংগ ভানবনা অরাং পম্বক চীংজাউনি
থৌবাল তুরেল য়ায়দ-চেন পোইরৈ লগদম য়াইরিপোক,
লাইনা থাবা লমদম্মি মহৌশা শেম্বা মালিনা
মথুৎ চংনা শেমজবা থরায় য়াওনা থাজবা।
হৈরাং য়েংই রাত্তেদো লৈরাং য়েংই নোপ্তেদো
তরা মচা শিন্নফম লৈবা য়োনবা শিম্মারি।
শেলোই খারী লে'প ক্লা তরা'ই মিতম ওইরিবা
পোইরৌ চীংশাং অশৃকপা শীংদা-য়েন্দা রাত্তেদো।
পোইরৌ ঈপাক নীংখিবা তাইবং চীপ্পাক তুংনফম
কৌখা থাংজিং থরো থমচেৎ য়েল্লাং কেঙেঙাই কোমপ্রেক,
মহৈ মরোং মনামশাং অরাৎ-অপা লৈতবা;
মকুম-মথা য়োবদা থরো থম্বাল খিবিক্লা
মালং ইপোম তুংইম্না খেক্লা হাইনা শাৎলিবা।
লিরি শীৎপা মালংনা শিংঙেল লৈনম পুতুনা
তাইবং পুক্লিং পেম্নবা মায়গৈ থুংনা য়েল্লিবা।
লৈরাং লৈনম ফংবদা লৈহী পাখা খোইমুশিং
মায়গৈ লৈনা পাইরক্লে—লৈরাং লৈকা। ভথোৎপা,

খোইমু' য়ারে পোশ্থাফম মুংশি য়.য়ী শানফম
মালং ইপোম ফংবদা ইকাই ফিরুক থুমজৈদো।
লৈহী পাম্বা খোইয়াবা লৈন-লৈন কোয়থাম্না
পায়মমুং' মুংশি ফিগৈ হাংউ হাংউ তরুরি।
য়াত্ত-পাদ কোনসিদা লাংওনথি চম্নুরা'মা
পম্মৌ য়াওদ নাউয়োকপী লুখ্রাচাদি থম্বালন্মু,
মতুনিংথৌ তক্ষাজাও মচিনমপ্পা অনিনা
লায়রবী মমা চাউবীগা অরা খাংপোক্লা লেল্লমই।

* * * *

নোংমা কোরৌ মুমিত্তা ইম্নুং শোরা তৈবদা
কোরৌ য়ুমথক'মা কাবদা অচীক' তাপ্প ভাইজবা,
কোরৌ শীংবুন থাঙমদা লোইদাম থাশিং ককঙমদা
চহী কুমজা কয়া চুপ্পা য়ানা লৈখোং শঙজবা;
চীংজাউ খোইমু লৈপানবা মায়গৈ লান্না পাইরক্লে
লৈন-লৈন য়েংজ্নুনা লৈরাং কোয়না থিরক্লে।

লায়র কোন্দা পোক্লবা লৈতকোন্দা চাউরবা
কবু'ই লোকমাং অচীকপা চীক্লা লেম্না থুন্দাবা,
নোংবান মানব'ই হুইরোইনা মপুই হৈনা তুংইপ্পা
য়ারৌ শক্তি তানবদা তিমেন তা-মা ময়াম্ব'ই;
থুবোম ঈরম ফাৎপদা মবেম' নাক্তা পাউদাক্ল

## থম্বালনু শৈরেং

ত্তাওবা শ্রোয়না কপখি'লম লম্লেন ছুইকপ খুঙ্গাওনি।
পাখংনা চীঙ্গা লাংওনবা কোলোয় মিংলেন মুহোনসিং
লেম্লে ভুংগোন থ্বাংদা কি খুত্তা নৌরেন পায়হুনা,
লাইজ ইপোম লাংহুনা ব্রাকই হিনাউ শায়কপা
পোইরৌ ঈপাক য়োব্রক্লে লেম্লে তামি থেম্মক্লে।

*　　　*　　　*

---

## পোইরৌ লমজম

——( * )——

অসোমদনা কমদৌব্রি সুরা তাঙোই নীংথিবী
শম্লাং কোয়গক্লকক্তঙে চরে' খোয়দোম শেংলকক্তঙে,
হকচাং পোলাং' তোঙাল্ল' থম্মোই থম্মোই ভিম্লবী
নিংঙোল পাজল ওইব্রিবী খোয়নৌ মতা চায়বী;
শানৌ সুরা অনিনা থরো থম্বাল হেক্কুনা
অয়ুকী ফজ' য়েংলম্মী নিংঙোল পুক্লিং সুংঙোনবি।
"খোয়নৌ ইতা চায়বী য়েংউনে ইতা লনিতা
লাইজনা ঈমায় চোম্লবা শীংঙেল লৈচু' মথল মথল,

# থম্বালনু' শৈরেং

মচি মচি খুদীংদা থাংজীং হৈনা কোয়বাক্ল'
লাইজনা কো গোন থিল্লবা সনানা মৱক হংলবা;
অশং' ফিরাংজিথক্তা' তাইবং শেংগ্যা মপুবু
লেংশিনবিয়ু মতাগুম ফিদা ওইনা থারিবা!
থম্না খেঙ্গোং তনৌবা ভাঙ্‌নবা অয়ুক্তা
মাইগে শুংদাই তন্না শন' হৱাউ মখেল্লা'ডুনা,
মুংভাই মথোই কাবদা হৱাউপুংদা লেপ্তুনা
তাইবং শেম্বা নীংশিংনা কোরৌ নোং'দোন ওন্দুনা
মিৎলু তৱং ঈহৌন' লাইজ'ই খুজোক কংলিবা!
লাইজ ইপাললাংলিবা পোম্বী চেক্লা কয়ানা
হৱাউ মথোই কাজনা থবাই তানা শামরি।
কোরৌ মঙাল ফংবদা য়াংলৈ থরদং ওইর'সু
পুন্সি চেংজেন লৈরিঙৈ তাইবং লীলা য়াগত্নুনা,
মথল মথা শাগেক্লা য়ুরান' জগোই শারিবা!
ইঙা থাদি ওইবনা শংবান্নবা অত্যাদা
নোংলেন মপ্রে মুপেনা শক্রোল চায়া পুথোক্লে,
নীংঙক নীংঙক শাওংনা তাইবং লীলা শাররি।
চীংদোন্দগী হাইথরকপা উব্রোক পুরেং পুরেংনা
মালং ইপোম' তাউরিবা ঈপাক তম্না পাইরিবা।
লোকচপু'ই চেম্বরকপা সুপা'ই মহী ভমজ্রা
ঈফুৎ মচা মচানা তাংথক নাইনা চেম্বরকপা,

লাইজ'ই য়ারা খোঙ্গেম্না ঈশৈগুম নাকোং থল্লিবা
য়েংউ য়েংউ খুদিংদা মিৎফম হোংবা য়াদেদা।"
খোয়নৌ মতানা হায়রকই—"শীংঙেম্না পোমশাংনরবদা
লৈকাদা লৈহী চেল্লবদা অপাম কাদ'ই পাইরকতুনা,
খোইমু' লমদম ওইরদবা কোরৌ মশীং য়াম্মক্লে।
খোইমু শাখপ তোয়রকত্রবা পায়মা পুক্লিং মুংঙোনবা
থম্মোইমুংদা খোয়শাউনবা পোমশাংনবী'ই হৌনশানি।"
"কম্রি রানো ইতারোই মপুই খোজান ফংলবা
নিংঙোল কাগী লৈরাং কয়া খোইমু মাবু ঙাইবতনা,
শীংঙেল মাগী লাইল্লিংলা লৈরাং মাগী মথৌরা?"
"তাইবং মপুনা শেম্বনি অনি তূনা থাবনি
তাইবং শিল্হা লাংদনা নাইতোম তাবা পামজদে,
পুন্সি ইথৌ পাঙদনা ইথম্নুগী থনফদে।"
"ইথম্নু'ইম্নু থনফদে -তৌইগুম্বমুং অদুগা
নাইতোম তাদ্রবা ভাতিনা লৈথা তারদি করিগুম্বা,
তুংগী য়াইফ থনবনা মীথোই মীহেন নীংবা কয়া
মিতা চাউবা তাইবুংদা মাগী পুন্সি কপোকতুনা;
মুংশি' কয়া কায়নবদা মুংশিব,ই মথন মথেন
শরুক তাংথক নাইদনা কৎখ্রবদি য়াইবী থরায়,
কনা'ই মাঙবা লৈভনা তাইবং ঙম্না ফজৌনি।"
"অপাম্বা রাথল থাদোক্তুনা লৈজ'কয়া কথোক্তুনা

লৈবাং' লৈনম লোত্ত'গুম অতোপ্প'ই পেম্ন থম্ববা,
মৈতৈ' থাদোকপী কয়া নারক মোংশোং কয়াদা
লোইজী লোয়া খুদীংদা মখো'ই মিংচৎ মণিদো;
তাহৌব'দা নত্রগা মাংখ্র'দা করিগুম্বা
থংবী উবিদ লৈখ্র'স্থ থিজিন'কনবা কয়ানা,
লেংদ' মিংচৎ মণিদো নোংমা শোয়দনা ফংলক্লুনা
জাতি'ই থাওমৈ ওইহন্দুনা অশেং' মঙাল ফাওয়কনি।"
তরং লাইবাউ ফংবগুম সুয়া শানৌ অনিবা
য়াবা অসি তাদুনা তুংওইননা য়েংখি'দা,
অথংবনা মাংওইনা ইকায়খনা তুংওইনা
'হায়মা' হায়বা ৱাহৈনা মতাৱোয়দা কোল্লগা;
অয়ুক্কা থৱোনা তোবগুম চীক্লা লেম্না লৈখৱে।
চায়ৱবী মতারোয় শীংঙেল হেকে হায়শিন্ন
নাথৈজুনা চৎখৱে থম্বাল মদোম ঙাম্নহোৱে।

* * *



## শরো নামুংনথরে।

——( * )——

"ওসি কোরৌ নোংসিবু কম্বি নোংবু ওইব্বিগবা
লহানমখৈ থংগুদে ঐনা থম্বাল কৌবী লৈন্নাংনা,
ঈপাক্তদা শাত্তনা লৈকংদস্থ শাৎলমগনি।"
ভাববদা থম্বালন্থুনা তপ্না তপ্না হায়রকথি—
"সুংঙাইদকো ইবুংঙো ঈয়াইদা শাৎপী শিংঙেল কয়া
খোইমু শউম কনমন্দুনা নাশোল হাইনা থাংলিবা,
নাথৈবৰী লৈন্নাং'মদা লোম্নানগে মতাগুম
নাশোল পীক্না পাইরক্লগা লৈন্নাং মাবু মিপাইহন;
ইকাই ফিরুক থুমহনবদি হুরানবগী মচৎনি।"
"লোনম চাউবী লৈন্নাং ওই খোইমু' ঙংনা পাইরকপদা
লৈন্নাং' লৈহী লোংখ্র'দি খোইমু উপাই লৈহোন্নোই,
লৈন্নাং' লোনম ভোবনা খোইমু মাস্থ হুয়ানবনি।"
"লৈন্নাং মানা লোনম্বদি ইকাই থীজুনা ভোবনি।"
"ইকাই থীবা হায়বা অসি লৈন্নাং মাইদি লামথুংনি।"
"ওইজভানবা খোইমুশিংনা মমান্নমক থনবনি
মশা'ই কম'থনবদা লৈন্নাং' কম' মাংহনবনি।

থম্বালনু শৈরেং

লৈবাং' জাত্তা পোক্লগা ইকাই' মগুন পক্লু'দি
শিংঙেল অরেম্বা ওইদুনা লৈরাং চম্নফম লৈরংম্মোই,
ইকায়থীবা হায়বসি লাক্লথীবা খোইমুনা
খূমাং চাওশিল্লকপদা থিংননবা খুৎলাইনি।"
"প্যায়মনুং' অশেংবদো ফোংদোকপিব পাল্লবদি
ইকাই' খুৎলাই লংশেকত্তুনা লৈরাংগী 'বেপ্পা তাকপিরো,
নুংশি ফিগৈ শেংবিরো খোইমু ককঙাওনরনি
ইংঙেল কাং হায়বদো মতম ফনা নকশিল্লক্লে।"

মহৈশাগী ইকাইবদো করম্না হেক্তা মাঙউ য়া'নি
পাযমনুংগী অরেপ্পদো করম্না হেকসু ফোংদোক্কনি!
"শাবা মাপ্প পাম্মুবা লাইবক থীবী নিংঙোলনা
অপাম কাবু য়োজবা পাম্মু সেবা ফংজবা,
পূক্লিং অনি লোংদনা হরাউ হরাউ য়াজগে।
অদুম্নদি ওইবগা পাখং পুকচেল ওইবনা
পায়মা পুক্লিং খোয়দাদ মিৎফম চামা ওইরম্ন,
লাইবক থীবী নুজাবু পুন্সি পম্বুং য়োদনা
কায়ন-মৈশা লাংলদি নিংঙোল করম খাংগনি?
"করি রানো পামুবী লাইবক চাউবা পাখংনা
নিংঙোল কাদা ওৎলকপা লোইদাম কয়া যাম্মক্লে
ঙসি কোরৌ নোংজাও পাখংগী 'রেপ্পা খংবিক্রি।"

থম্বালনু শৈরেং

"পাখং পুক্লিং হায়বসিদি শজিবুগী মুংশিৎকুম
শীৎনোংবদা শীৎপ'নি হু'ম্ন্‌বদা হুম্বনি,
মুজা'ই 'বেপ্লা হায়ববু অমুক' করি হোংগনি
হায়নখিবা মুমিত্তো নিংভোল পুক্লিং লেপ্লবনি"
"ফরে মুজা অতুদি মুমিং অদু য়ৌদ্রিফাও
য়েক্লা কনা খংহন্দা মুজা কাদা পাখংনা
তোযনা খোংদারক্লোরাই নিংভোল পুক্লিং হোংবিনু।"
শাবা-শানৌ অনিনা লৌন-লৈন'স শক্লরে
শরী বামুনখরে তুন্দা করি থোকবা,
নিংঙোন' থম্মোই মণিদো কল্লক মিহৌনরবা
নোংদম্ব'ই থোইনশিন্না কনাই খুদোল ওইরগবা!



---

থম্বালসু শৈরেং

২শুবা শৈশখন।

## লৈবাক কায়বা।

অঙকপনি তাইবং লীলা মীনা মুংঙায় হায়নবদো।
মুংঙায়ফমসু খ'দনা তাইবং পুন্সি লোইখিবনি
মীনা ঋরে হায়দুনতা তাইবং পুন্সি মাংহল্লি
ৰাগনবনা ৰানা ৰানা মুংঙাইপোকপনা মুংঙায়না;
তেল্ল তাইবং লম্বীদা পুন্সি খোংদোই হু'ল্লিবা
থংবা ঙমদে কনাসু অচুম্বনা কদায়নো
অৱেপ্পনা কনানো প'পান পানবা তাইবংনি।
মানা হায়বা ইল্লগা মশা'ই মনীং থুংলগা
তাইবং মীনা হবাউই য়াঙ্গ্রগা [illegible]দ' মান্ন;
মীপুম খুদীং য়েক্লেদো [illegible]দা ঋাগ্নোই।
মীনা তোম্নি হায়দুনা ঐসু য়াওমে-চোংশিনবা,
তান চাদন চৈরকথই-অকেমফাত্তা তোকপনি।
চাওখৎলকপনা মথোইকা ঐ মঙায়রে খন্দুনা
ঋাতোম্না ৰাংনা কাজবা কাকী মাংদা কৈদোদে।
মাংথরকপগী 'ৰাবনা তাইবং'পাক্তা ঈৱাক্লবা

নোংদম্বগী হৌনশানি মপু মাগী লীলানি।

*　　　*　　　*

মৈতৈ সনা পোইরৈনি চীংগোন মাপল কোয়রবা
চীংগু লাইনা থাবা লম-হাওরৈ থাদি পাংবদা.
বাংব্রেস থানা চাউবালম লৈশাংথোং থিংঙেল অচোবা
লম্লেন লালু য়ানবীগী পেংবা কাবী লমদমদা;
থিংঙেল 'চোবা কায়দুনা নাকয়েগ্তা তারিবা
মৈতৈ খুম্না কয়াগী খুঙ্গং কয়া লৃপথরে।
মনা মথাং মহৈ মরোং লোইনা ওম্মা থৃমথরে
যশ ইরোই শগোম্নচিংবা য়ুমশা কয়া লৃপথরে।
থুনগী খুম্না কয়ানা লোইবী চীংদা কাদুনা
য়াইবী থবাই কন্নখি মুপী অঙাং কয়ানা
লৈকম চাকুম থংনদ্রে মাংলে মাংলে লৈবাক মাংলে।

অইখং খোংচৎ 'অঙকপা মতম' হৈচেল অকনবা
চীংগু মাগী লীলা ওই থিংবা ওস্নি কনানা,
খুম্না কয়া 'হৌদুনা অকন' খোদাং ওইদুনা
থিংঙেল নাম্না লাক্ল'দা হম্না হম্না নীংথায়রে।
বায়বদা 'তাইবংনা মপু মাবু নীংশিংই
বায়বদা খুম্নাবা লৈবাক নিংথৌ' নীংশিংই।
খুম্না তবানিথোইগী খুম্নাহন তবানিথোইনা
লৈকাই লাকপা লোয়নবা নিংথৌ কোম্বং কাদুনা,

## থম্বালমু শৈরেং

মপু সনা মপুংয়াই রাজা গম্ভীরসিংহনী
নিংথৌ সনা খুয়াখাদা সনা নোংদম তম্বীনবা
অরা' থোদোক খিবিক্কী রারম পরেং হংগৎখি।
প্রজা' রারে তাবদা রাদ' ঙমদে নিংথৌসু
রাখল চাউবা নিংথৌগী সনা বুদ্ধি চমম্রখি।
থনফম তৌফম খংদনা অরা মৈশা লাংল'দা
পেব্যা পণ্ডিত কৌখৎতুনা চীঙু লাইবাও তাবদা,
রাংত্রেল ঙাওরে লাইফাওবে ঈরাৎ চবান থাবা তারে
ঈরাই নিংথৌ পুন'শবা চীংঙুনা পেন্দ' কম্রিনো;
ঈরাৎ থৌরম হংবদা শংলাকপনা লাইফাওখি।
"লৈবাক ঙাকপা নিংথৌও নবুংঙো শিদ' ঐহাক্না
থোইশাও' মথি ফোংবদি অতৈ কম্রি'ই নত্তেদো,
মম্রাক শাগে নাইত্রিবী মুক্তা মাগী কোঁলোয়না
লাইজ ইম্প্রাক্তা শাৎচগী লৈয়াং কোলোয়' মিংলেনবী,
মমৈদা 'মু' তাকবী 'দুগুবী মুক্তা 'মক্ত
রাংত্রেল ঐবু ঈরাৎলু নবুংঙো ঐনা পেনবিগে;
লৈবাক মরা ওপহনগে মহৈ মরোং চুমহনগে।"
চীংঙু লাইবাও তাররবদা লৈবাক নিংথৌ 'ঙম্বনা
পাত্র মন্ত্রী তানদুনা অঙম অথৌ কৌখৎতুনা,
মুক্তা মাবু ঈরাৎলগা থিংঙেল নোংনা নাগুনা
লৈবাকী 'রুবা কোক্লবা ফংন'থিয়ু লাউথোকখি।

থম্‌্বাল্‌শু শৈরেং

নিংথৌ মনাই 'ওম্বশিং লৈকাইলাকপনচিংলবা
অঙম অথৌ কয়ানা মায়গৈ শাৎনা থিনখি।

*　　　*　　　*

---

নুজা থিবা

ওয়োকপনি চীংগু নোংদম
খোৎনা নোনা মীংথিরকপী,
অপাম কা য়োকজিৎরিবী
কন্নবী নুজা ওইরিগবা।
লাইবক ফবী হায়গদম্ম
লাইবক থীবী কৌগদরা,
লাইবক ফবী হায়রবসু
পলেম পঙ্খৌনা মুংজাইরোই;
লাইবক থীবী কৌরবসু

## খম্বালন্থু শৈরেং

ঐলৈবাকপু হল্লা পোকপীনি।
আঃ! লাইবক থীবা মীওইবা
থৌখংদনা থোক্লংবা,
হুংশিবা হায়বা ব্রাখলসি
ইথল্লভবু নক্লনা;
খরভগীস্থ নত্তনা
পুন্নমকী খল্লবদি!

লৈবাক শাৎনা থিনথ্রে অঙম অথৌ হৌদুনা
'ঈপাকয়ায়দা শাৎপগা মুজা কোলোয় পাংখকপী,
অচুনদি মুজাদো ঈপাকয়ায়গা নক্লবা
মকম কৈদা লৈরমগনি' লোক্তাক পাৎচাউ 'কোয়বদ'
কোয়না শাৎনা থিবদা মুজা মাবু ফংশিল্লে।
ঈকোপ লৌশি পাম্বান্দা ইম্ফাল. নম্বুল ভোর্ব্বান্দা
চন্দ্রনদী খোংবান্দা মুজা মানা লাংওনদ্রে।
তেকখাউ ককবা অকামপাৎ বিক্ত্যাই লফেল যারলপাৎ
লৈরাং কয়া শাৎলমই মুজা মাদি লৈরমদে
'চৌকপা লমদম নক্তবনা কিংগ্রোল খোয়দো তাদবোই।
'চাংদা শাৎপী শীংজেগুম চিন্নলা কেনদ'গুম
লোইবী চাংদা লৈরমগদ্রা'—থাক কবান লাম্লোনচাং
হৈবোক পোইরৌ নোংমাইজাং মিংচং লৈরাং শাৎনচাং

## থম্বালনু শৈরেং

চৌংলান মাপল থিবদা মফম কৈদা লৈতরে।
থাবন লাকপা সেলুংবা প্রনামসিংগী মপাওদি
হোংজিক ফাওবা তাদরি লৈবাক পুম্বা ৱানখি।

*　　*　　*

“সুনিং মশীং য়াম্মক্লে লনদম কয়া চৎলক্লে
হায়নিবা নুজ্ঞা নংাকপু মফম কৈদা থেংনদ্রে”
“হেয়নে ইবুঙো সেলুংবা নুজ্ঞা মাবু থেংনদ্রে
শত্রুনা কয়া য়েংবনা অমত্তুরু চংনদ্রে।
মাইনু কৌবসু য়াদবা লৈনৌ কৌবসু চিংদবা
তৌনাংচাই লৈতে করিসু খল্ল খল্ল চমম্নে,
উপাই লৈতে গাড়ীরালা হায়বদুদা মতারে।”
হায়রকই তনুনা ’সুম—“হন্দক’ খোংফম অসিদা
তনু ঐসি করিগুম্বা নুপী ওইরম্মদিকো!”
প্রনামসিংনা হায়রকই—“করিগীনো তাল্লকসিদা
নুপী ওইনা পোক্লীংঙিদে শিনীংলব্রা নহাকপো?”

“কৈদৌনি ’বুংঙো সেলুংবা
　　নিপা ওইনা পোক্তুনসু
য়ুম পানবসু ফংজব্রবা
　　মপোকসিগী মীনাই ওইনা,
মীথাপোম্ম লৈদে শরূক

## থম্বালসু শৈরেং

'সু' তাজবা কসু ঐসে
রাংব্রেল ওইদবু ঙান্দুনা
হৈকক চান' পাল্লুরগে।"
প্রনামসিংনা অমুক "আঁ! আঁ!
অদুদগী 'মুক কমদোবা?"
"মতুদগীদি 'বুংঙোনা
মপুনা চান' মনাইনিনা
ফমথোন চাউনবু ফংদুনা
সুংঙাই মরাং কায়হৌরনি;
লাইবক থীবী ননাই ঐসু
ঈরাই লৈমা কৌশ্রগনি।"
"তুমিন লৈযুদা তানীংদে
নংনা ঙাংবা রাতাসিমা
নাতৈ'মক্তসু হুক্তেকো
নমিংদা সু তারগবু
শিববু লায়না থন্দোকপা
চীংঙ্ মাবু অরঙনবা।"
"লংনবা নচ্চদে 'বুংঙো
অওইবতা হায়জবনি——"
"করম্না 'ওইবা ওইগনি
নমিংদা 'সু' তারবসু
লৈরাংগসু পাংথক্তনা

থৌ লৈতনা ঙাংজবশাই।"
ঙাইহাক হ্রাংলেন খল্লুরগা
"হোয়নে চুমইনে অদুমু।"

"'তুগা 'বুংঙো সেল্লুংবা লাইনা তাইবং মুজাবু
শিল্লাং খোচোংনদুনা অস্থুপ য়াম্না পাম্বসিবু,
লাই লৈশাবীশিংদগী তাইবং মুজানা হেনববনে?"
"কনানা খংনি চাউবা —থরায়নবু পাম্মুরদি
মাদ'উ হায়না ল্পখ্রবদি এৈনা ঙাওরি'সিনিদনা।"
"করি হ্রানোদা 'বুংঙো থরাই' পামই হায়দুনবু
মপু পানবা কনাদা মিৎচি লাংজল্লুরবা;
নমজানগে মতাঙ্গুম মুংশি হ্রাহৌরুর'দি
তান চাদন ঙাওশিন্ন চৈতূপ চাগনবনিদা।"
"করি তমু মশোয়নবা ইচেং চানা মীবা ঙাংবা
এৈ' পুক্লিংনা মিত্যাবমু মপু পাল্লি করম খংই?"
"ইবু'ঙো'ইবু হায়জবা নত্তে 'মুম্মক্তবু হায়জবনি
'বুংঙো'ই লেমা শোম্বীদ 'বুংঙো'ই ওইদা ঙান্দনা
তালোয়শা দা চন্দনা কনা'ই সেবা তৌখিনি?"
"হো 'তুম হায়উদনা" মপু মনাই অস্থুম্না
হ্রাহ্র! শা বুন শাদুনা হন্দকী মুজা অসিবু
মফম কেদা লৈরমগবা ফংদবদা তাব্রবা

## থম্বালন্সু শৈরেং

রাখল লাম্বা ফংনদা পুরিং চংনা খন্ন'র।
প্রনামশিংন হাযখকই—"ঙাইখো ইবো খন্নসি
হন্দক' নুঙ্গা অসিবু ফংদবদা তারবরা !
ঐনা পুরি'ই লমদমসি'ই মফম কয়া চৎলুবে
করিগুম্বদা নুঙ্গা মারু থেংন'কৌবা লৈদ্রে।
মৈতৈ পোইরৈ অতৈগী লৈকাই খুন্‌ পন্‌লন্সু
খুন্থক খুঙ্গা থিবদা নুঙ্গা মাদো থেংনদ্রে,
লৈকাই লাকপা খুল্লাকপা অঙম অথৌ কয়ানা
'নিংথৌ সনা খুয়াখাদা থিব খংদ্রে হঙ্গৎখ্রে।
সেলুংবা ঐদা মঙায়রে ঐন্সু খংদ্রে হংগৎলো
তৌ'ঙাই গতি লৈতনা সনা পুক্রিং থাগদবা
প্রজা কয়া মাংগদবা খল্লুরগা অমম্বনি।"

* * *



## মকম কৈদা লৈরমগবা।

———(০)———

তোৎনা তোয়বা পোৎপুদি কনানমু থোওইদে
নক্লা লৈবা পোৎপুস্থ কনানমু থানদে,
চেক চেকশিল্লকপদা অকাউ' ফিজংনা থল্লিল্লি।
ৱাখল খেনবা মীওইবা চমম্লবা তাইবংদা
মিংশেল য়েংদনা শাজৎপা ঐবু ঐনি থংদবা,
ভুংগী চনীং য়েংদবা অথোম্বনাপল কারিবা!
খোংহৌ পীকপনা লাতোল্লাম্বা নোংমা শোয়ৱোই লৈখাতানি
ঐ মঙায়ৱে চাউজবা মীনা চাউইমু হায়বিদা,
মথন্তনা চাউজবদো পীক্লবনি মহাক্তো।
ওইজখিবা মীওইবনা ঐগী হায়বদা লৃপ্তৃনা
চীঘাম্বোংদা থাগৎপা অচৃম্বনি থল্লিবা,
'চুম্বা হায়ৱগা শাউবা কয়েম্বৱগা হৱাউবা
লোনম তোনা থাঙ্গৎপা কাম্বৱমদাই থাগৎপা;
হৱাউ খোয়রুম তোজবা তাইবং মীগী লোনচৎনি।

  

থম্বালম্নু শৈরেং

"থম্বো-থম্বাল থম্বালম্নু—এঃ ইবো লৈরেহায়
অতৈ কনা! নৎলমত্রে ওইরেদনা অসিদে।"
হুংজরকই তম্নুনা—"মুজা কনা ওইরবনো
সমদম কৈদা লৈবনো ননাই তম্নুদা তাকপিয়ু।"
"নহানমচৈ ঐখোয়না অকেমকাত্তা চৎলুরে
থিনরিবী মুজা মা'দি ইনক নক্লা লৈয়ম্লে"
থম্মোইমকা লামজনা ঙাইহাক ব্রাংলেন হয়াউরুই -
"মুংঙাইরেদা তম্নু ইবো" প্রনাম্‌সিং' খোয়রুম্লনা,
"হন্দক থোক্লি' থোদোকসি নবুংঙো সেলুং ঐঙাকপু
য়াইফঙনগে চানবিদুনা চৌংঙু মানা কুবিবনি।"
"চৌংঙু মাগী নোংদম্লা 'বুংঙো'ই পায়মা য়াখন্দা
থেংনরিবী মুজা মাবু ননাই তম্নুদা ফোংবিয়ো।
পোথাদুনা ইবুংঙোনা পান থুদপ হাদুনা
মুংঙাইনদুম লৈবিহৌ ননাই হেক্তা কৌজরুগে।"
"তুমিন লৈয়ু তানীংদে ব্রায়ম অসি তাক্তুনা
মুজা মাবু কৌবদা হয়াউ হয়াউ কনানা
মুজা কনাই লিংজেম্লা চৎকে হায়না য়ায়কনি?"
"য়াত্রবম্নু করিগুম্বা ননাই হেক্তা ফাজরকে
চিংনবিম্নু করিমতা ননাই ইত্তিক য়েংবিয়ু"
"নংগী করি নতিক লৈ কারুম্র'মু মংবা ঐনা
হন্দকী মুজা অসিদি মথোং' থোংনা হেক্তমক
নবুংঙো ঐগী ইফমদা লাকচয়গবনি।

## থম্বালনু শৈরেং

ভমু ইবো থৌরাংউ মুজা কাদা ঙসিদি
চাংঙু কোলোয় পাওদাকপোই পাখং খোংদোইহল্লুসি।"

চমম্বরি ভমুদি হৌজিক ফাওবা খংদরি
ভামু-কোমু শীংথাডুনা কনাবুনো থগ্গানরি
প্রনামসিংনা শাউরংননা "ইবো নংসি পঙ্‌মল্লিদা
অতৈ কনা নক্তেনহাই নবেম্ম'মু' নিদনা।"
"ইবেম্মমুবু কনানোনে"-"থম্বালমু'ননে অপং"
খোয়রুম মোমোন ভমুনা—'ইহে-ঐদি কাউরুরে।
নবেম্মগকা শীংথাডুনা নকুমম্না থারকপত্রুদা
মাখল লাম্বা ফলুত্রে ঐ'দ পংগাও ঙাওরুরে।"
"ঙাওশিন্নমুনে ইবো নবেম্ম নত্রাদি কনানো?"
ভমুনা—"অ'দা হৌজিকমক্তি ইথুংঙো'ই নাক্তা লৈছুনা
ভালোয়শীংদা চন্দুনা 'বুংঙোই সেবা ভৌত্রিদনা।"

"মিৎপান্দা হৌবা পাবু নকমন্দুনা উদ'গুম
ওম্থোক'নক্লা লোৎলম্মেদা. 'খোয়না ফংগে ভান্নবা;
মুজা মানা লৈথোকপা ফনদুম ফরে হন্দকীসি
মুজা মাগীদমক্তা অনিতনা বেন্না কাবা,
অপাম খম্বল কোক্লবা চাংঙু মনীং থুংনবা
খিংগ্জেল খিংদা হাপ্তোকখ্রসি রাংত্রেল লাইচাক থাদোকখ্রসি।"



থম্বালম্ নৈংরেং

ওগুবা শৈখন।

## লায়রকোন্দা।

—:( ০ ):—

য়াইরি-পোকপী লমদম্নি শগোলশেম শাগৈদদি
মুরানা নোনা লাংওনবী পম্ভো য়াওদা নাউয়োকপী,
লায়রথাংপোকশংনিদো লুখ্রা চাউবী' মশাইকোন্দা
হন্দক মরক অসিদা গুরু' থৌদোক্ কয়া কয়া;
মুক্তা লায়র কোনসিদা তোয়না তোয়না থোক্লিবা।
পম্ভোশুমাং মথৌকুং অহিং তাংলো 'থেংবদা
য়াঙ্গোয় লমহুই শঙ্গুনা লাক্ল লাক্ল থোংলিবা।
ইংখোল্লমহাং 'কোয়বদা হুইপৌনা খেক্লা লাউরিবা
মুংথিন্দা মকু নাহেরে 'মুক্তা লাংজা পাইররে।
বাতোন উতোন লাম্না পাই কাক্লা লাক্লা লাংলিবা
লায়রকোনসে হন্দক্তি কবি করম থোক্লগবা!
পোমশাংনবী তনৌবী ইংগেল থাবু ডাইজরকপী

লৈরাং খুথেক শুদোরে পায়ম চরাং খোইরাংলে।
অহিং মুংথল চুপ্পদা চাংশু থাগোম্নতুনা
পামু কাদা য়োজগে অপাম কাদা থুংজগে,
চাংশু নোংদম তম্বীমু তত্তনা কাউজরক্লবী
হন্দক মরক অসিদা মুক্তা ঐগী ইমিত্তা;
উরি' কয়া অসিবু—থলহৈদ্রবা রাখম্নি
পঙ্ক্লরমদাই কানসিদা নীংথায়দোরে তাকপরা?'

পায়মা পুক্রিং রানা রানা মুক্তা থরায় থোঙ্গান্দা
লৈহাউ পাম্বী মথোংদা মুংথিল মুংশা থাংলুববু,–
চেক্লা লমথুমু মৈপুংবী পামেল ফৈরা থক্তা তোং
মুরানা লৈবা ময়কৈ ওন চেক্লা মঙক ইন্দুনা;
কাউখিনিকো মতাগুম তোয়ন তোয়না খোংবদি
মুক্তা পুক্রিং মুংওনখি— চেক্লা য়েংন হায়রকই—
'হোদা চেক্লা মৈপুংবী নংনা ফৈরাদা তোংতুনা,
নখো পোঙনা খোংবদি পাম্ন মপাউ পুরকপরা?
নিংতোল কাগী থম্বালনা লৈরাং লৈশাং তম্নহোই
শিংঙেল লৈপোপ কায়হোদে চেক্লা নংনা তম্বীমু।'

"ইখো ভাইবী চেক্লাও পম্মো ইংখোল চিথেক্তা
চেক্লা নংনা 'চাকপদা পীমু পীমু খোম্থাংনা,'
তুম্পাক-তুম্পাক খোংবদি থম্বাল কোবী লৈরাংনা
কুমগী নোংলেন ভাইবগুম চেক্লা নংমু ভাইরিবোই।

থম্বালনু শৈরেং

নো'ংদোম্বক্কী লৈচিন্না মালং পোমাই কুপত্রবদা
চেক্লা ইখৌ লাংবনা ইনৌ তাবা ঙাইঙমদা;
নিংথৌ লৈবাক ওন্দুনা চেক্লা'ই কংল' খৌরি দৈ
তা'ংথক নাইবা খোম্থাংনা পীয়ু পীয়ু নিজৈদো
অপাম কাবু য়োৌরমদাই লাইবক থৌবী মুজাম্নু
চেক্লা' ইখৌ ঙাইবগুম ঙাইজরিদো খোৌরাংনা।"

---

য়াচংবদা

—:( ০ ):—

মুমিদাংবাইদি ওইরক্লে
মুমিংনা চীংয়া থাংলক্লে
তময়া কোর্রীদি চেংরক্লে
লোয়া নাপুনা কায়রক্লে।
চেক্লানা মহুম পাংলক্লে
কাওরেমা শঙ্গোন 'তম্লক্লে
মুংথিল লৌরাংদি শুরুবা

## থম্বালনু শৈরেং

য়োৎলেনবু লেংথোং শারক্লে।
থম্বালনু কোবী মুজানা
ফুঙ্গা খামরেন হৌগৎলে
বৃন্দাদেবী নোঙ্লুকচরে
লক্ষ্মী মাতা খুরুমজরে,
ইমা লৈমরেন থাগোল্লে
ধুপকী নমম্না কাওহল্লে।
মুমদাংরাইগী মন্নিবদা
মুরা' মপাল থোরকতুনা
মালিকা পাম্বী মথোংদা
মুংবংনা বাখল তৌরিৎৈঙ;
ইপাম্থানা লোইশ্ত্রবদা
ঈপাক্তা শাৎপী লৈবাংনা
শীংঙেল লৈপোম কায়রবদা
লৈবাং' লৈহী থম্রবদা,
খোঙ্লেল লোরবা থোইমুনা
ঙংনা ঙংনা পাইরকপদা
পায়ম থোয়দো শীক্তুনা
.লৈবাংনা থবায় তাদ'শুম—,
নিংঙোল পুক্নিং' থোম্রাদবা
প্রনামসিং কৌবা মাম্বকনবা
মনাই ভম্পুগা 'লোয়ননা

[খুদং]

### খম্বালম্নু শৈরেং

নুজাগী কাদা চংলক্রে।
হঁ, খম্বালম্নুদি তীল-হৌরে
চগংনা অনা চাকইনগুম
চেংলৌ পিশুম শুকথরে
মঙ্গোল থীদা য়াচংবদা।

---

### নুজা কাদা

—:( ০ ):—

লায়র খাংপোকম্নুংতুদা নুরা ত-য়া চংখিদুনা
তৌরাং ফিদা পুংথাক্রে পম্মৌ মাংগোন খেংগ্রাংলাং,
ফিদা'উ তন্না থাদুনা লেংশিনবিম্নু শোম্থাংনা
নুজা শামায় লৈদুনা ইমুং মায়গৈ পাংথরে।
গুইহাক য়াংলেন লৈরগা খম্বালম্নু খোয়রক্তুনা
"হা তাদ অওম্বা গুসি কোরৌ নোংজাসে
'ম্মোকপা নোংবু ওইখরে নচন কাদা লেংগুকপা,
খুদোং গান্থক অমক্ত সেবা ওইজনীংববু
তুব্যা উপাত্ত্না লৈরম্লে হৌন খংদে বাম্নৌবিম্নু।"

"য়াম্না ফরে ইবেম্মা 'বেম্ম'ই মুংশি বাহৈনা
তাকপি রবা অতুমক্না নবুংনা থোইনা পেল্লরে
' ফরে থম্বাল ঙসি'দ নবুংনো মুজা শাইগোন্দা
ঙাইহাক পুংগোই ওংলবদি লাইবক চাউবী মুজাগী,
য়াইফ নোংশি নোংদম্বোই চীংঙু কোলোয় নোংদমখোন
ররম অমা অনিদং নিংঙোল নাপদা পাওমেনগে।"
"করি বাবু ওইর'নো মুজা লাইবক থীবীদি
লুখ্রা কোনগী মমোমওই থোগল্লোনম্নু হৈজদে।
রাহৈ কারল চনখ্রগা পায়ম পীবুক খোম্নশাওনা
ইচিন ইপ্বা চীন্দানবা ইবুং মায়বু চোপকনি।"
"করি রানো থম্বালম্নু নবুংনা ঙসি লাকপদি
ঐগী কান্ন'ঙাক্তখন মুজা পেমগে লাক্লেদো।—
নবুংনা লাকপা মরমদি চীংঙু কোলোয় পাওদাক্নে
য়াইফ লম্বী খম্নগে মুজা কাদা লাকপনি।"
"করিব্নানো তাকপিরো" থম্বালম্নুনা হায়রবদা
প্রনামসিংনা রারম পরেং মথ-শীৎনা শকথখি।

* * *

."ছা ইবেম্মা তথোৎপী মৈতৈ সনা পুংঙেয়াল
রাংব্রেল খানা চাউবলম লৈশাংখোংথিঙেল অচোব,
পেংবা শাবী লমদমদা থিংঙেল 'চোবা কায়তুনা
লৈবাক প্রজা অয়াম্বা খোইরেল মশা পাম্নবে।
থুপ্পা তরানিথোইগী থুপ্পাহন তরানিথোইনা

মপু সনা খুয়াখাদা অবা মপাও হঙ্গচৈ।
লৈবাক প্রজা পুম্বগী মপী মপা ওইববা
লৈবাক নীংথৌ 'ঙম্বনা অহৈ অশিং কৌখৎলে।
চীংঙ্ লাইমাং ফম্বদা নিংঙোল্লক্কা চল্লিবী
মাগী কোলেয় মিংলেম্না ঈপ'ক য়াযদা শাচ্চবী,
লৈবাং কোল্লায় পংথকপী মনৈদা 'মু' তাক্কবী
অত্নুগুম্বী মুক্কা 'মত্তং রাংব্রেল ঐঙোন্দা কচ্চৌও;
লৈনাক যাইফমুংঙাইহনগে পেব্যা পণ্ডিতনা লাইফ'ওরে
লৈবাক পুম্বা থম্নরে থম্বাসমুদা মত্তাবে।
ওস্থোকপনি থোইবীও,—নীংঙোল্লক্কা চল্লিবী
নবুংনা হায়বা ইল্ল'দি মুক্কা ৎস্থু। থোক্লোইদো।"
"করি রানো তা শেলুং অঙম্বনি হায়দুনা
নচন্দা পংতাক তাকপিরে অত্নুম হায়না নমজাবিমু।
অঙম অথোকোন্দগী পুথোরক্পা পাওনীংথোন
লৈবাক্কী ফগবা হায়ববু ওম্নতৈনবা ঙাক্কনি।
অঙম্বনা রারেঁ' রার'দা লৈবাক্না রাবা ফংদবনি
লৈবাক্না চদৎনবদা 'ঙম্ব'ই চনীং পোঙবনি।
মীনা খুবম ফরিঙৈ লৈবাক্না রাবদা রাশিম্না
মশা'ই থরা তালহৌদ'ই 'ঙম্বনা কোয়নোম নোম্বনি।
নচন ঐনা য়ানীংদে মুপীচানি থন্দুনা
অফ শানা নাউথেম্বা মুক্কা'ই নাপদা হাপ্নীংদে।
মৈত্রবাকসে ওম্নরে কারমদাইদা কপশিম্না

## থম্বালগী শৈরেং

ফনজাউ কাবে লুত্তোন কায় শেঙ্গাও চোল্লে 'ঙম্বগী।
লৈবাক রাখন চুমদবে শেঙ্গাও পায়বনা পান্দৌরে
তৌত লায়ব লৈহৌদ্রে অকনবনা 'চুম্বা শক্লে।"

"'শক্তং থল্লু থম্বালগী মতম লৈব রাগগী
নগী ফনবা হায়বনি ত'ইবং কনা থংদ্রিবৈ,
লৈকাই কনা তাদ্রিবৈ খোয়দাজবী মুজা নংবু
পশং ওইদা ডাল্লসি তালোয়শীংদা চল্লসি।"
'অমুক হুন্না থন্নীংডাই মতম লৈতে নচন্দা
লল্লুনা মচি কাদ্রি মুজা'ই রাখল হোংলরোই',
"মুন্না থল্লু ইবেম্মা ঐখোই 'বুঙোনা হায়গ্র'দি
নুদা লাইবিক ইবনি মুজা যাইবী কলহৌসি।"
অশাওবনা লুত্তোনশৎ চেংলৌ মায়পোং খেগুমলাং
থম্বালগী কোবি মুজা—হায়নি হায়রোই থংঙকত্রে।
তাতম্মু থংজবে মপুনা যান' চৎপদা
মুপী হাৎসি য়াববা পাপ্পু ফংনি থন্দ্রবা;
মীনাই নংনা ঙাংজ'শা কনা লৈতে থনগম্মু
ইচাউ চাউনা মবুংঙো'মা মরুম থূপ্পা লৈজরি।"

"কাম্নরোইদা থম্বালগী হন্দক! মতাং অসিদা
প্রনামসিং ঐ নত্তনা লায়র মচা মাগুম-না,
কনবা ঙম্মোই করিস্মু অরেম্বনি থল্লি'দো!

লাইংথৌ সনা য়াথংনা মুজা ফারু লাক্লদা
ঐগী তালোয়নি হায়বিগে য়াইবী থরায় কনবিগে,
ঐনা হায়বা ইঙ্গোও নংগী য়াইফ ওইগনি।"
থম্বালম্নুদো তপথরে অশাউ ফিবম কূপশিল্লে,
মায়থোংদদি লোংপা য়াদে কাইদ কাইদ হায়রকই,—
"মুংঙাই য়াইফ খল্লগা অরৈবতা পাল্লগা
নিংঙোলকাগী লৈরাং কয়া থাংউথক্তা লৈমল্লি।
য়াম ফজনা হায়জরি নচন ওইবী ঐহাকসে
মংগী য়াথং য়াওদনা কনাই য়ারা ইনগমদে,
নচনবু 'তুম থৌবদা মুজা ঐনা চংলরোই
লেংদ' ওৎপু থাথরে খম্মোই পৌবোন লোনথরে।
মপু পানবা ইখোন্দা পরৈ চেংপা পল্লুদা
হায়দ' তাক্ত কানশিনবা কুইনা পনবা লেম্মরোই।"
"হা—হা—হা—হা—মুংঙাইদা ঐনা ফম্লি মফমসে
ইয়ূম নত্তে খংইদা নংনা তান্দ্রে চংখিনি।
অরোইবদা মুজাও হায়বগে তাজৌ 'সিদং
মতম্না চিরক' তাঙ্গাদা অমুক হন্না হায়জন্নু।
নিংথৌ সনা য়াথংনা নখোং নখুৎ পুন্দুনা
তাওবা হুইগং চি বগুম লম্বী লমজাওদা পুবগা,
নমা লায়রবী চূদংনবী সায়রমচা মুহোম্না
কনা নিপা মুপীনা থিংবা ঙম্বগে য়েংগেদো।"
থম্বালম্নু কৌবী মুজাসু অশাউবনা মাংওইনা -
"লায়রবী নচন ঐগীসু অরোই ওইনা হায়জগে,—

স্নজীং লোইবী চাংজাউনা ইকোকথক্তা নল্ল'কান
নোংদোল নোংমৈ শীংজংনা লরাই লুভোন খায়রমদাই;
লাইরেন লাইজ নিংথৌনা মুজাবু থোংকে তাল্ল'দা
তা সেলুংবা নতুনা নিংঙোন পামৈ লৈতরবদা,
খোয়দাদব'ই নক'দা হায়জরনি থল্লু'মু
নংঙোন ওইবা ইংখোদাং সত্য ধর্ম্ম ঙাক্কনি।"
"ফৈ খংগনি অতু'দ মুজা নতিক য়েংগেদো
রায়াম ঙাংবী চাংথ্বী নংগী মতম য়োরবনি।
অরোই' ওইনা হায়রমগে 'মুকস্থ হম্মা খপ্পখো
নীবুংঙো এৈনা ঙাকপিগে য়াইবী নথ্বাই কনবিগে।"
নিংথৌ মনাহ সেলুবা ফি-ফি কাম্ম চরৈকল
লণ্ডনকুর' তাওবগুম চৈন ঙাংন চংথরে।



## সনা কোন্নুংদা

---

নিংথৌ সনা মাংক্লুদা থাবম লাকপা সেলুংবা
মালেম শৈদা নোল্লুক্না সনা চরন্দা থুরুমজে।
"ঐবু লোইবা লৈমান্না লাল্লবা কাদা ঙাকপিনি
কোংয়াং চৈশু তাবগুম থুয়াখাদা নোঙ্গরি।"
লৈকাই লাকপা হঙ্গবা পাত্র মন্ত্রী অপুম্বা
নিংথৌ মনাই 'শুম্বশিং ঙম্না চোম্না তিল্লম্মী।
সনা'ই তাংবন থকতুদা য়েং'দা গম্ভীর লৈরবা
রাজা গম্ভীরসিংহনা লেংশিল্লম্মী চীংলেম্না।
"কদায় কদায় অচানবা থক্তা সুক্ষীং ননবগুম
রাবনা পন্দোন লোম্লবা নিংথৌ ঐগী ইফমদা,
সেলুং' নংনা লাকপদি হায়রিবী মুজা মহাকপু
মফম কৈদা লৈতরে অসি হায়রা অঙম্বা?"
"ঐবু লোইবা ইনিংথৌ অয়োন অরান ঙাকপিয়ু
ননাই' পুবা লমদমদা হায়রিবী মুজা মহাক্তো,
নারক্তা শাৎপা লৈরাংগুম থংদ ঊদ কনাসু
পোইরৌ পাপ্পাল মচি'মদা চীক্ল লোম্ন লৈরম্লে।"

প্রনাম মপাও তাবদা চমন্নরম' নিংথৌদো
অঙ্গা-সুংঙাই' য়াম্নখ্রে তপ্পা তপ্পা হায়রকই—
ওস্থোকপনি অচানবা থোৎনা নোবী মহাকপু
লৈবাক্কী য়াবা কোল্লবা মন্নাল লৈতবী ইচাবু;
নি থৌ ঐগী য়াথৎনা চীংঙু মানা পেন্নবা
ঈরাৎলগে করম্না য়াইবী মাংও হায়সিগে ?"

হৌজিক মতম অসিদা নিংথৌ ঐমুক তোনবসে
অতৈ'মা লৈরম্মরোই তাইবংসিদা হিংনীংদ্রে।"
"তাবিগনি ইনীংথৌ সুজা মাগী মফমদা
লোল্লবা ননাই সেলুংনা তশেং তশেং হায়জগে।
য়াদ্রবদি মতুদা ইনীংথৌ সনা য়াথংনি
কোরৌ থক্তা কাফদে মালেম লৈদ ভাফদে।
ননাই শরৌ শীগ্লগে সুজা মাবু কানবা
লৈবাক য়াইফনবনি সনা নোংদম তম্বীয়ু।"
"করি বানো অচানবা অহিং সুংথিল অনিদা
পলেম পম্থৌ অনিনা সুমিৎ থাগুম য়েংলিবী;
শানৌ তবোপ তবোম্মী শীংঙেল লৈয়াংগুম্লিবী
সুজা মাবু করম্না তরাই তরাই শিন্ননি।
য়ুম্রাক শাগৈ নাই'দগুম সুংশি কাদ শান্নদ'গুম

অপাম কা থুংলমদগুম য়ারক্লোইনে হন্নাউনা।”
“অরান’ চাম ঙাকপিয়ু চৌংঙু নোংদম য়েংঙগে
সনা নোংদম তম্বীযু ননাই কুমজরুখিগে ”
“লৈরাং হেকপা লুবনি তিংখং’ কুয়োম য়োন্নবা
কেতুকীগী মখোংদা তা ঙ লিন্না য়েৎপনি।
খোংকাপ হৈনা থংজোও চংলো চৎলে। অচানবা
সেলু’বা নথৌ পাওজরো অয়েৎঅপন ঙাকসনু।”

*　　*　　*

---

৪গুবা শৈখন।

---

## করি’ই কপ্লি কাউত্রুনা!



অহিং নুংথিল অনিদা
মিকূপ পুংজা খুদিংদা
অন্না কোকথোং পুত্রুনা
মিৎলু লাইজ ঈথৌরি।

## থম্মালগু শৈরেং

মভম' ঈচেল অহকপা
অসুন ওইনি খংদেদো
মপোক থোঁনা পোকপনা
পোকপ'ই মহৈ য়াম্রেদো।

মরূপ য়েই কদায়নো
য়েংলু য়েংলু খুদোংগী
ৱুৎপ'ই ৱাংপা ওাক্তুনি
সৈ ত্তৱ ই লৈত' মক্তনি।

তাইবং শেম্বা মপুনা
মাচৎ মীথাই নাইবনা
পোকহল্লগ্রে লায়রকোন্দা .
তম্বীরগ্রে নোংদমথোনা।

'লাইবক থীবা লায়রবা
করি'ই কপ্পি কাউত্তুনা
পুন্সি ঈচেল তুংইন্ন'দা
নংনা নংজ' নত্তরা ?

লায়র পুন্সি লেপ্লিভৈ
অবা মপোক থাংলিভৈ
কয়া'ই মতিক ৱায়দো
অঁরবনা খংদেদো।

## বয়্যালগু সৈক্রে

রাত্তঃ মীগী পুকৈদৈ
ওক্ল' চরা কোখোক্রে
মবুক পেয়া চাকবা
কাউস্থু শিদ হিদাক্রি।

লায়র নংগী খোঁদাংনা
সৈত সৈত নিক্রুরে
চরা নোংগয়বদো
হুগী চখোম হুকপানি।

কুংভাইবতা থয়গা
অরৈবতা পায়গা
চায়বদা ভাইবং মীচাক
রানি হুয়স্থু কাউফদে।

চরৈ নমথাং মোংলবা
সৈত-রাথম্ব ভাওরবা
খৌন শিস্থা খিবিকস্থু
থোনা ফসি ফভমদে।

রাব'ই চংফম রাবনি
সৈত'ই সৈক্রম সৈত'স্নি
থস্নু নংস্থু লায়রবও
'নরক্রি' নগী নতৌসি।

ংখালমু শৈরেং

Miss Aminakhatune
with
Md Abdul jalil

তিল্লুবদা সমাজ মরক
মীখা পোম্বি কিবনা
লায়র খাংপোক মুংত্রদা
মক্র মায়থোং লোৎলিবোই

---

## মুহোনসিংগী আশা

—:( ॰ ):—

কুমগী লোংনা ঈথৌরে মালেম শৈদ' শিগুরে
লাইজ ঈগী চেপ্পরে লৈপাকলৈমা লোখোক্রে।
হৌন পঙ্গীং কায়দনা মালেম লোনা মালহোংলে
লাইজ ইপাগ লাংথরে 'শংবা চরে হোংথরে।
ভং-খোং লাইজ চেপ্পরে পৃথ্বী লাংখোং পাথরে
তুলেন ঈমায় চোনথরে পাংকী লাইজ থনথরে।
কুমগী ঈরা ফংবদা মালেম লৈকোয় পুথদা
রাও পাদ পুং ওইরে লৈরীক লৈরা থনথরে।

থম্বালমু শৈরেং

চীংদা শাংপী ইঙেল্লৈ লৈয়াং মমি তম্মক্ল
ঙাইহাক্তনি মতাশুম লৈক্লা ফম্না শাংচরে।
য়াইপন্না চীংমায় ঙাল্লক্লে পুলৈনা পেংগেক লোল্লক্ল
লোক্লেনা লোকমাই চোল্লক্লে হানৌন লেংলেং তুজুংলে।
ঈঙাইথকপী চেক্লানা নারক উরক কেয়পাই পাই
তুম্পক তুম্পক খোঙরে চেক্লা মবুক পেঙ্গরে।
উতোন বাতোন থূদীংদা পোম্বী চেক্লা কয়ানা
জুরা জুরা চীন্দিম্না মপুই কোলোয় শল্লক্লে।
যোগিনী থাংশাং হায়রক্ল নোংদোন পুঙঙ পীল্লক্ল
মালংনা লৈনম য়েল্লক্লে লোকচঙা বীনা খোংলক্লে।
ঈপাক্তা শাংপী লৈয়াংনা খোইমু শঙ্গু শঙ্গুগা
তাইবং লীলা শাম্নরি মুংশি মুংশি চুপ্নরি।
কদাম্বদি লৈম্বুংশি লৈসনা মেলৈ উকাবী
ঈরুম ঙাইবী নোংজুমপান চীক্লা হাইনা নোকংরে।
শুমাং ময়ায় কুন্দালে তোর্বম্ভাবি হন্দুরৈ
পুখ্রী মপান কবোক্লৈ থাগী লৈশাউ মোদোম্লৈ,
জাতীকূপ্পী মুঙ্গারৈ লৈহাওলৈরেন মালিকা
বকুল লৈশং কেতুকী চীনীচম্পা উথম্বাল;
লাইজ লৈয়াং থরোথম্বাল শিংঙেল মথল মথেম্না
অহান অকোন শাংখরে ঈশিং কংফাল হাংখিদ্রে।
কুন্দো চরোং নাগেশ্বর জবাকুসুম উতোংদৈ

শিং ডল লৈবাং মক্তুনা মালেম খূরক হাংদরে।
থাবা'ও লোইবা নাইদেদো— খোইগী মপৈ মপৈনা
'পাম্বা লৈবাং থিবদা মায়গৈ পূম্বা নিনখরে।
ঙানু কাঙা নপৈনা ঈশংদা জগোই শাব্রিবা
চাগী লোকচপ কয়াদা উথুম্না 'তুম-তুম' খোংলিবা।
ফজংদা নু ঙাতংবে শাইবং হরাউ পুংসিদা
মহাশা লাংবম্বা লেংথেক্লে 'নোবা বূমৈ হৌগৎলে।

* * *

লয়বকোন্দা পেংলবা লৈতকোন্দা চাউরবা
মথংসন মাঙ্গ মঙোনসিং থাংজৌ সেংথোংনদুনা,
কবুও লেকমাং অচাকপা মুংথিল লোরাং শুবদ'ই
লৈহাউ পম্বী মখোংদা অরা পোথাজরম্মী।
নুংদাংব্রাইগী মালংনা পাওয়ায় শম্না হুম্লকপা
থম্বাল লৈনম পুবকপা নীংশিংদবা ঙমদেদো।
'ইংঙল থাবু ঙাইজবী শাবী ইনেম মচাদো
শাবি-শানৌ থানবা কোরৌ মুমিৎ শুদোরে।
লৈরাং' পোমশাৎনরকঙৈ লৈকাদা লৈহী চেল্লকঙৈ
পাখং লৈখোং শংলকপা লৈরাং লৈকা ফল্লক্লে,
মপূংমরৈ ফারেদো শীংঙেল হেকপা কালওইরে
মপু'ই চরন্দা কৎলগা লৈরাং মাবু খূৎথেংননা;
পাখংনা লৈনমজনীংবা-মোলাংনাক্তা থমদুনা

থম্বালনু শৈরেং

অহিংচুম্না য়েংজনীংবা ম'পূই নোংদম অঙৌমু
পুন্সি লৈমন চল্লফাও শীংঙেন মাবু থাবরোই
তাইবং চেংজেম্ন লৈবিথৈ লৈবাং মাবু চিঙ্গগে।
তাইবং শেম্বা মপুও নংগী পেঁজান নিজ'ব
য়েক্ক তিংখং থাবিনু শীংঙেল লংনহনবিনু।'

---

## কনাগী মপাওনো !

—:( • ):—

ঙাইহাক বাংলেন লৈবগা মাঙ্গ্ মিংদি মরূপলোই
শাবা মপাও পুতুনা মুহোম্রাক্ত খুংলরে।
"চাম্নবনা মরূপপ্লোই চীক্ক লমদম অসিদা
অপামকাগী লৈবাংবু খংখেংননা ফেক্রমদাই,
আশা'ই য়েম্নীং নোহৌনা থম্মোই মকাপামজনা
মালংদা রাব্রী শারিবোই মুংশি রাথন' শুমহৎলবোই।"
ইকাইখাংদা মুহোনসিং -' মুমদাংবাইগী তাঙ্গ'দা
উনাগজ্ঞা লোৎচবী লৈহাউ লৈবেন পুম্বৃদ্ধি,

# থম্বালম্নু শৈরেং

লাংদুবীগী শংনা নৈরাং মাগী মতিক মগুন
শরু কোয়েংম য়োংজবা ঐগী খোঙ্গেল মাল্লবাই।"
'নুংঙ ইরেদা শরীংশা ইকাইথাবা লংদ্রবংসে
মু শ রাংম্ন ঙংগডুন কাইবং মীরেন থোকপোইরে"
চম্ন' সরূপ অনিদা ঙাইহ্ংক পুংগোয় নোকমিম্নৈ
নুংশি মপাও হংবদা মংন্সংসিংনা থুম্নকখি।—
"চান্নপোইবা মরূপ্লোই থম্বাল কোবী নুজাদে
ঙংস অয়ুক নোজাদা থেংবাল তুরেল গোংমুংদা,
চংশী শম্বাল লাংলিবৈ ইম্নংই ময়োন শংলিবৈ
রাংলেন মিকুপ খরদঃ চীংগোই পাওমেম্নকেই।
হায়ন' মুংমৎ শোয়দরে ইংঙেল কাংমুংমৎকী
মুমদাংবাইগী তবুম্ব-কাংনা হম্লিন্নবকপা,
সঙ্গা গোবী মকমদং লৈরক কোনশাং কয়াদা
চরাং খোইরাংনবিবৈ - অহাং' তাঞ্জা য়েংতুনা:
ননাও থূজেং পাল্লোইনা লাইজীঃ চীংয়া শমতুনা
মুক্তা ঐবু পুংবিমু মাঙ্গ-নতু ইঙ্গগে।'
নুমিৎ অসি তানচারে শোয়বা যাত্রে মরুপ্লোই
অতোপ্প'মগা মুজানা চাক্লা পাওমেঞ্জবকই।
'চীংথুবগী মমোয়োই 'মত্তা পোকপা থাদোইগী
নুংশি মগুংলাং'দমক শানৌ অনি মূক্লখি।
কেগে থুম্বা নৈকানৈ মোইরাং রাথোক ওইখিদো

## থম্ব'লমু শৈরেং

নুং'শি মাগীদমক্তা ওইন থম্বন চাউনখি।
নুঙ্গা ইশুংলাং'দমক ইমু নাইমু শানবা
লৈকাই ব্রাথোক ওইনবা মাঙ্গ'হতুদা লেপচনি।
থংলেম্ন য়াইবী থাবাতা-ননাও হান্না থাজগে
অব্রা খুদোং থীবকপা ননাও শ চক য়াজগে।'

নুং'শি মপাও ক'বদা পাগং থম্মেই কিংজনা
শানৌ মবুক পেন্দুনা মুহোন'সংহনা হায়রকখি।—
"অপাম্বনা নু'শিশা ব্র'শক পরৈ থদংকে
নুং'শি মহুম থুগাইগে অকেমফাম্ভা লা ভ'শাই।
নিপামচা খেঁদা'নি পাখং ই'ত্তক উংথোক্কে
নোংমা পোকপা মচা'নি নি'ন শিবা হে'নদে।
নুংশি মরু হুনখ্রবা অপম মরা তাখ্রবা
নুংশি মশুংলা'গী'নি পাখং য়াইবা লাম্ভোক্কে।
লাযবৈ থংনা থোওইদ লৈতে খনা উশিত্তা
কো য়ানবগী মচংলৌ লোয়রং শাংখোং য়েংচ'শাই।
থাবম লাকপা সেলুংবা নিংথৌ থম্লে পেঙজবা
থংগনিদো শরীশো নাপল মমু য়ৈথেক্কে।"

---

ঙেশুবা শৈখন

## থম্বালনু ফাবা লাকপা

(৩)

( হাদ চীংঙু নোংদম্বা ও !
কবি ধর্ম্মবু কৌবগে
শাবীনা লৈপাম্নবিঙৈ
অচিকপা তাপ্পা য়েংদুনা
শীংঙেল লৈপুদা তাক্তনা
মীহীংচা কয়া নেকতুনা
পূকফত্ত'দা ইনশিন্দুনা
লৈরাং ছুগে থনথ্রবোইদো। )

× × . ×

"তাবিবরা থম্বালনু নুজা নংবু পাথংনা তালোইশীংদা চম্নীংবা নুংশি কাইহৌরম্বদো, নুজা পুক্লিং কবি থল্লি 'রেপ্পা য়ারা হায়দোক্লো। য়ারবদি ঙসিমক পাথং কাদা চৎলসি।"

পাইমা লিংজেন থারবা থাবম লাকপা প্রনামসিং

'ওম্বা কয়া য়াতাম্ন থম্বাল নাক্তা লাকতুনা,
সতী মাবু পুদৌ'গী নিংভোল মবুক খৌতুনা
মুজা মখিল তকতুনা খুলাম তোয়না হংলক্কে।
পাইমানুংগী অশাউবা চনীংতেংনা ফ্দোকতুনা
শানৌ মচিন পেম্নবা চীন্দান পাউদাম্নরুবা,
য়ুমদা লাকপনি খন্দুনা কৈকানদে হায়রতুনা
মুজা তৃমিন নৈজখি নিংভোল মবুক কাতুনা।
'মুকস্থ হম্না হায়রকই –"তাদবরা শকহেনবী
অওম অথৌ কয়ানা নংবু ফাবা লাক্লনি।
য়াংলেন থয়া নৈরিউে মুজা মচীন শেংজয়ো
পাখং' মায়রোং য়াবিগে শানৌ নংগী লেম্নীগে।"
তাবা ওমত্রে খম্বালম্নু উনবী পুক্লিং নৌয়ক্লে
চম্নু'ই খোয়দৌ শিক্লক্লে চীনরান জনিক তনিকত্রে।
"কবি হায়বা তা—সেক্ক নুয়ামানি খন্দুনা
পম্থৌ নৈতে হায়তুনা থৌরাই উনিত্তবরা?
মুপী চারি নীংক্লো কনবা থয়া লেৌরগা
য়ারকনি খন্দুনা কৈতোব শরু পাক্তেনা!"
"ফজনা হায়রি চম্নুরা মবুক 'চুকনী মহাকপু
কবি'ই থমকা তৌগনি ভাইবাক্তা ভাইয়ে থংদৌবা,
হায়উ হৌজিকমক হায়উ নবুংতো ঐনী ওইনা শান
ভালোইবিংদা চনগেয়া য়াইবী নথুাই কনাবিগে।"

## থম্বালগী শৈরেং

"মৈন কাংলুম মকোম্থোক সুপীনা পামদ' মীপাওথোক
ইকাই খংদ' মায়থাবা য়াবিত্রগা শাউবিরিবে।
নতিক করি লৈত্রনা ফাদুনা পুগে থনবরা ?
মদ'ই হেক্তিল্লক্ল'দি থোওই উশিত্তে হায়রগনু;
নিংঙোল মপু লৈরবীনি মিৎয়েং কারন চনবা য়ারোই
ইকাই খংদ' অনম কল্ল' নম্মায়দা চরৈ থনগনি।"
"লমজা সুবী চীঙ্গীবী লুখ্রা মচা লিন্দাউবী
নশম খুদাং য়েংতুনা হাইবা ওর্ষনি খংদয়া ?"
"বংনা নিপা থোত্রগা লাও লাও য়েংঙসি
ইকাইদবা নেংশান শাব ও! লৈশাবীদা থৌনা ফব ও!"
"লৈরম্মুদো শরীসো" পাইশিনখরে প্রনামসিং
"হাৎলে হাৎলে লৈকাইশা" চেবশিল্লক্লে 'ওর্ষশিং।

* * +

ওসি মুজা করম্মো অপাম নাঙ্গা য়োম্রমদাই
চীংঙু মাগী নোংদম্মা অনুম ওইদু তম্বনা,
শাবী মানা থংগ্রিবৈ সুংশি মানা তাগ্রিবৈ
রাবল্লা সীতা হুবগুম পুদোর্স্নিবা কৈদনো ?
লাংদা থুরবী য়ারোগুম ইশায়ফুগী লেমলৈগুম
লংনা চংবা তাংজগুম থৌনা ফসি কগুমদা,
মাইগে লৈনা য়েংবদা মাগী কনা লৈরর্মরা
থম্নুবদা সুয়াবী মিৎলু লাইজ জঁহৌরে।

“হা ! পলেম লায়রবী লমদম কৈদা চৎখ্রবগে
পোইরৈ কৈদা তামখ্রবগে নমোম্মা তৌরি'সি উত্রবোই !
ইচে' ইবুংঙো ইদু নিংথৌ কাওরেন ষনবু শেনখিবা
ইপ্‌ৰানা লাপ্পা চৎখিবনা 'চেনা কোবা তাত্রবোই;
হাদা পম্থৌ অপোকপা নমোম লাইবক খিবিবু
লুখ্রা কোন্দা হুন্দোকপিরম লমজা অতাক্লরেদো
লৈচিন পোমাই কুপখিবনা ঙসি কোরৌ নোংজাদা
পম্থৌ লায়র খাংপোকশং নমোম্মা রাবসি উত্রবোই।”
উপাই লৈত্রে লায়রবী পলেম্মা কৈথেন কাখ্রিভৈ
মপ্‌ৰাস্থু ষণশেন চৎখিবা লৈকাই কনা চংঙক্তা,
মুপাচাগী পাঙ্গলওই পাম্বৈ ফৈরা তেকথরে
মালেম লৈদা তাদুনা হীক্লা তেংথানাওইরে।..
“পম্থৌ মানবা ইপনশিং 'পাগী মশক খংহৌত্রবী
নমোম্বু ঙসি তৌবিরি'সি করি মতৌ কৌবগে ?”
“অঃ ইমোম মানবী 'বেম্ম শানৌ কংগী নকমদা
থোক্তৌরিবা থৌদোকসিবু করম কাংথোক্লসিগে !”
অহল ওইরব' মেঙ্গর নিংথৌ মচেং চারুবনা
লৈথোকসিন্থু ময়াদা অহন্থুংদা তোল্লেদা।
পাইমন্থুংদা থল্লকই— অসিঙুম্বা কুম্মৈসে
চীংঙ ইবুংঙো নহাক্লা নমিৎ থীৎনা য়েংঙোকো।
“'পাগী ইমোম ইবেম্ম' থোক্লরিবা থৌদোকসে

'পানা নংঙোন্দা লীরগে 'পাগী থম্মোই কায়দোরে।

× × ×

"হাওরৈ খাবু পাংবদা রাংব্রেন খা-না চাউবলম
পেংবা কাবী লমদমনি ঈরাই নিংথৌ মথিফোং,
লৈশাং থিংঙেল কাইরেদো থিংঙেল নাপ্পা য়াদরে
লৈবাক প্রজা রানরে সনা নাক্তা য়োনরে।
মাইবী মাইবা য়েংবদা—মুজা শীংদা চল্লিবী
লাইজমুংদা শাচ্চবী লৈরাং কোংগোয়' পাংথকপী,
মমৈদা 'মু' তাজবী অদুগুম্বী মুজা' নত্তং
রাংব্রেল ঈরাৎত্রিমথৈ থিংঙেল নাপ্পা য়ারোই হায়রে।
মাইগৈ কোয়না থিবদা হায়রিবী মুজা মহাক্তো
ইমোম লাংলেন নত্তনা অতৈ কনা লৈতরে।
হয়েং ইমুং ঙানবদা চৌংঙু রাংব্রেল ঈরাৎনবা
সনা য়াথং পুত্না মুজা নংবু......ওন্থোকপনি।"
তারবদা থম্বালনু মিপাই ভুজুংনত্না
লরাই লুতোন শাৎথরে 'ইস থিংঙেল থিং'দা হাপ্পবা....।'
"কবি থোকএ চনুরা" মুংশি হৈত' প্রনামসিং
মুজা মতৌ য়েংলগা থাক্লা থাক্লা নোক্লরে।

× × × ×



# উপায় লৈত্রে থম্বাল্নু !

—:( ० ):—

মুমদাংব্রাইগী তাঙ্গাদা ঈপাকয়াইদা শীংলকপা
তোর্ব্বুং নোংলৈ মুংশিংনা থম্বাল লৈকাদা য়েবদা,
শীংঙেল নাশোল হায়| গুম লাইবক থিবী থম্বাল্নু
অৱা ফিরুক খুমদুনা চুম্না লেপ্লা ঙম্মক্তে;
পন্থৌ মপা শক্লবা মেঙ্গবগী খুয়া ভম
মুজা মাবু কনবিদৌবোই থম্বাল উপ্না তাখরে।
ইঙা নোংলেন খোংবগুম ইঙেন লাইজ শীম্বুনা
অঙাওবীগী পান্দম ওই ওম্ন খোইনা কপ্লক্লে।
নিংথৌ মনাই অঙম্বশিং হায়ফম তৌফম থংদনা
মুজা মতৌ উবদা তাংজ মক লূক্লরে।
'ঙম্বশিংনা হায়রকই "ইচন মানবী তনৌবী
ইমোম মানবী তথোৎপী মুজা কপ্লগন্নুবা!
নংনা ফনা কপতুনা 'খোয়না কনবা ঙম্মবোই
নিংথৌ সনা য়াথংনি—চীংঙু মাগী নোংদম্নি।
নংনা তোয়না কপ্লগা থম্মোই পুবা য়াদরে
শানৌ চেংলৌ উবদা খৌরিব চৱম ফুনথরে।

থম্বালন্থু শৈরেং

মপু মাগী লৈলনি পোক্লবদি নোংমা শিনি
থম্মৈ নুংগুম কনশিল্লা চৎলসিবা ইবেম্মা।"

'ফবে অতমঙাইরে ননাই শোয়দনা চৎচগে
পলে। ইমা কুম্মকদি ইদু নিংথৌ হল্লকত্রি
বাংলেন মিকুপ থবদং চীঙ্গোয় পাওমেন্নবমগে
মথোয়না হল্লকত্রি'ফাওবদং 'ঙম্বশিংনা ঙাইবিথো।"
"ঙাইবা য়ারোই থম্বালন্থু—ইনিংথৌ সনা য়াথংনি।"
লোকচপ্তা মুঙ্গাই লংথবগুম প্রনামসিংনা হায়বকই।
"ওস্তোকইদা ত—সেলুং নংসি ইরম মচানিকো
নংনা নিংথৌ খবসে 'ম্বোক্লা কিনস্থু থল্লিদা!
ঐহাক শোয়দনা চৎকনি—নিংথৌ য়াথংনি হায়দ্রবু
কনামত্তা উনদনা তুমিন হেক্তা চৎলসিরা?
ইন্দক লাংওন অসিগী উনরবোই হন্না'মুক
পুন্সি বিদাই মতমদা কব্রি'ই তুমিন চৎকনি।"
"মুপী ওইবী হৌনশা কপ্প লাউনা চোংবদো
য়েংনিংদেনে ঐথোয়না থুনা য়াংনা চৎলসি"
"ফরে ফরে 'ঙম্বশিং ইপা লাকপা ফাওবদংদি
'ঙম্বশিংনা ঙায়বিথো য়োরক্লনি মহাকত্তো

\+ \+ \+

"ইচেন্থম্বী—ইচেহম্বী—লম্বী অচৎ অওক্না
হায়নহৌবা পাওসিবু ইচে অচুম্বরনে ?"
কাংজৈ কাংহু লেংদা থোং তফিং তফিং চেল্লক্লে
মচেমগী নাক্তা য়োরক্লে 'ঙাংনা তোয়না হংলক্লে।
মপাবু চেৎজেৎ কোনশিল্লে "'চেগী ইবুংঙো লায়রবা
'চেম্না লাইবক থীবনা ইপাবু কুইনা কোল্লমদ্রে,
ঙসি উবা নচেম্বু হয়েংদগী উররোই
ঙসিদগী ইপাবু অমুক হম্না পল্লরোই।
মুংশিদকো ইডুনিংথৌ ইচিল ইপা অনিবু
নোনা শেৎনৌ তমথ্রবোই" থম্বাল চরম ফুনথরে।
"চেগী নোংয়াই তম্ফাজাও 'চেম্না তোয়না কোগেকো
মুংশিদকো ইপাই শকসে ঙসি উবনা লোইরেকো।"
ঈরেমথাক্কী মপাবু তোইনা তোইনা য়েংডুনা
পিরাংনদি চোৎলবা অঙাং' চাইরুং অনিদা
হন্না হম্না চপ্লক্লে মকোকথক্তা নানবিরে।
মচীন মপা অনিনা চীঙ্গোই পাওমেন্নরিঙৈ
ওঙ্গোকপনি হে ঈশ্বর—কদোমদগী খোঞ্জেম্নো!

"ইমাগী লাংলেন চরৈহন কৈথেন অকা অকুম্না
ঙাংনরিবা পাউসিবু অচুম্বরনে ইবেম্মা ?"
কাওবীনা হানৌথিথিত্রৈঙৈ অয়াপ্পদা মচাবু
ভাওবনা লাঙ্গোই চনথ্র'দা 'অম্বা অম্বা' খোংবা-তা,

মচা শোক্লে পাখৎতুনা মপীনা পাইশিল্লকপগুম
থাংচেৎ মচি হাইদুনা নিংশা থবেৎ হোন্দুনা;
অভাওবীগী মতোগুম 'ইমাগী 'বেম্মা ইমা লাক্লে'
শোয়না তোয়না কৌদুনা থম্বাল মমা চেল্লক্লে।
শন্নাওনা মপী উবদা কিবা কোঙ্গাই ফবগুম
পলেম মমা উবদা ইমা' হায়না চেম্থোকচৈ।
মচাবু চেংজৎ কোকশিল্লে "ইমাগী 'বেম্মা মুংশিবী
'মানা তারকপা পাউসিবু থম্বাল অচুম্বরনে?"
থম্বালনু হীরু হীরু 'ইমা' খোঙ্গেল থোকথিল্লে।
মমাদা চেংনা কোন্দুনা হীরু হীরু কপ্লক্লে।
"ইমা ইবেম্মা মুংশিবী নমোম লাইবক থীবীবা
করি হায়না পাউখুমসিগে নচাবু বিদাই পীবিয়ো।"
মচাগী য়াম্না ত্বাব্দা পলেম মমা লাম্নবী
মুজীং নাপোম কিনথদুনা মকোক্থক্তা নল্লবে।
"হরিনোনে 'মাগী থম্বাল নংনা চৎখদোরি'সে
কদাইদনো থংলবরা চৎপা মাদে ইকেম্মা।"
"নিংথৌ মনাই 'ওখথোই লাইবক থীবী ইচাবু
করি মরাল নৈদুনা য়াইবী লোগজোরিবা?
পীতৎপীনি খন্দুনা মতু শোনবা থীরকুশোই
ইমোম লাংলেন পুপ্রগা ইখাদগী শেৎপ্রসা,
লাইবক থীবী মমানা ইচা'ই মৈনা চাকতুনা

য়াঙ্গোই তিনথ্রোক চোংবগুম লৈহৌবদো চোংতুনা;
'ওম্বা কয়ম য়েংগেগে খম্বীরম্মুনে ইচাবু
নখোং পায়না হায়জরি ইমোম পীবা ওম্মোইনে।"
ঙাওরে ঙাওরে চাওবী ঙাওরে মচা'ই মৈনা চাকতুনা
মশম মনা প্রোক-প্রোক ফোয় ওয় থোইন কপ্লক্লে।

+ + + +

"লাইবক থীবী লায়রবী নংগী নত্তৌ উরগা
'খোয়না হেন্না নাথরে য়াদনগী তোবনি।
ইমোম লাংলেন ইচাবু পোক্তবনি শায়তুনা
তরাই তরাই খন্দেদো ইমোম পোকপা মশেল্লি।
অস্থুম খোকউ তমথিবনা ইমোম' লাইবক্তা-ইথিবনা
ওসি কোয়ৌ নোংজাদা নচা'ই মুমিৎ শুরমাল্লে।
নিংথৌ সনা য়াথংনি অমুক পনবা য়ারয়োই
পোক্লবদি নোংমাশিনি 'খোয়স্থ লমন তোল্লিবনি।"
"কয়ি য়ানো 'ওবশিং মুংশিপ্রবা ইচাবু
হেদো নাহে ফমশেল্ল তোয়াংখক্তা ওন্দুনা,
মুমিৎ শীংবুম কয়ানি 'চাবু লাইকয়বদা
'চা'ই লাইবক্লা তমথিবনা খম্মুং শন্না তানথ্রকাও;
মতুং ইনবা য়াদবগী ওয়থোইনা চোংহৌবনি।
তচাউ তচাউ ইমোম্বু 'ওম্বা নখ্বাক্তুদা
মমা কনা'ই মচীল্লা মচা'ই য়াইবী শিল্লনি,

পীবা ভম্মোই ইমোমবু থম্বিরম্মু ইচাবু।"
তৌফম খংদ্রে পুম্নমক মমাই য়াম্না তাবদা
পাম্বী পোকপা মশেম্নিনা মমোম শাংপা কাংলপ্পিনা।
তাংজ মরু লক্লপ্রে থম্মোইদগী হৌরকপা
সুংতাইতব'ই ঈরানা মিংলু নাপোম থম্নরে।
মতম্নদি য়েৌশিল্লক লীংপা য়াদ খোংফম ওই
সুজা মাবু পুদোরে ওনথোকপনিদা তৌখি'সে।

---

## পুজি বিদাই।

— :( • ):—

"করি মতৌনো 'ওম্বশিং সুংশি পিরাংনবসে
হংচিংফাওসু লোইরোইএ লেংনবা তৌরসি।"
"ইমাগী 'কুংগো সেলুং পোকমিন্নবী নচনগুম্বী
ইমোম ভনৌ ভনৌবীবু অমুত্তদি পোকপিরম্মু।"
চেনশিল্লক্রে প্রনামদা ভুররেদো মথোংদা

"'চাগী য়াইবী থল্লায়বু অমুক্তদি কর্নবিরম্মু।"
"অমুক হন্না হায়রম্মু কপ্লগনু হন্নুপী
নচা'ই য়াইবী কর্নথগী মতম ঙেত্রে'হৌজিক্তি।"
"পলেম ইমা মুংশিবী নচাবু য়িদাই পীবিরো
লৈবাক্কী রাবা শোক্লবা কচ্চরুগে য়াইবী থল্লায়
মুপী ওইবী ইথৌনা লৈবাক থংনা ঙথোক্কে
ইমং অনি শুজরোই মৈতৈ চন্নু চেন্থুনি।
লৈকথাককোমগী লৈরাংনা চীংও খুম্না য়োবদি
মুঙা'ই লাইবক ফবনি মৈত্রবাক্কী মিংচৎনি।"
'মথা অমুক ভারনু মতম য়াম্না থেংথরে"
অরাব'ই মরীকমক্তা প্রনামসিংদো পোক্তেদা।
ময়াম্নদি বানরি মিৎলু লাইজ ঈহৌরি
পলেম মমা 'পোকপীদি করি অমুক হায়গনি!

\+ \+ \+

ওয়োকপনি থম্বাললাইবক পম্মোইমুংদা লাৎচবা
মুংশি মাদি উকক্মত্রে মাঙ্গ করম য়াংহৌনি।
'থংলেন নম্বাই কামীনি শেম্বী নশুংলাংসীনি
ননাওনা চাকপা মৈচোকমে মাঙ্গ নংদি উত্রবোই!
লায়রথাংপোকশংদগী কায়নরজদাই কাল ওইরে
নিংঙোল কাদা চংথরে কমজাও কো'ম কপ্লুরে।
মোলাং নাক্কী লাইখিবী খোয়েন মীকপ শোক্লকে

নি ঙে'ন্ন লৈব মায়কৈ ওন তিঙক তিঙক য়েংলক্লে।
'লোন্নাইদবা ইতারোই কায়নরসি ঙসিমখৈ'
লাইথিবীদো কেন্দুনা মুঙ্গা হীক্লা কপচরুই।
"লাইংথৌ গুরু শিদবা ইমা লৈমরেন শিদবী
গোল্লবা লাইবক থীবীনা ফাঙ্গোইননা খুরুমজরি।"
ইন'দগী থোরক্লে পন্থৌ মাংগোন নাকথদা
অক্লাথক্তা কায়দোংবী পোম্বী চাদি চীনঙাংবী,
'মংলু তক্লং ঈহৌনা থম্বাল' মনা য়েংত্তুনা
ইশা ইতা কৌত্তুনা পোম্বী শাখপ তোয়রক্লে।
"চান্নরবা ইতারোই নতা ঐবু হুন্দোক্তুনা
খোয়নৌ নংবু চৎলগেরা চেক্লা করম হিংহৌনি?
ইতা নংনা চৎখ্রগা পোম্বী ঈথৌ লাংবকান
কনান লাইজ ইনবিনি কনান ইচেং হুনবিনি?
নিত্তি মুংবুম খূদিংগী হরি কোলোয় শকমিন্ন
অক্লা পোথামিন্নবা হয়েংদগী ফংলরোই।"
"চেক্লা চাদি ইতারোই ঙসি কোরৌ নোংজাদ'ই
নতা'ই চেংলৌ উররোই কায়নরসিকো চান্নবী।
ঐনা লৈত্র কান্দদি লায়র থাংপোকশংসিদা
চেক্লা নদোম লেনবদা তরক তক্লকহৌরনি।
চেক্লা খোয়নৌ নহাকসু ঙসি কোরৌ নোংজাদ'ই
শঙ্গুলক্তা তিনখরো পোম্বী ননীং তমথরো।"

"'চেগী ইবুংঙো নোংয়াই ইপ্বানা থুনা চাউত্তুনা
য়ুম্লেপ চাব শেম্মকউ পলেম লুনা কোল্লকউ।
ইমাগী সেবা লুনা তৌ নকোক্তফাও চীকনু
'চেনা পীবা বরসে নোংয়াই লেপ্পা ফংজোকো।"
'পান্নী নমোম' য়োকপদা অবা পোৎলুম পূব্রকপী
মুংঙাই শরুক ফংদ্রিবী পলেম ইমা লায়রবী!
'মাগী সেবা তৌরমদা নমোম ঐদি চত্তোরে
নচা লাইবক থীবীদি খোল্লাং লনম তোল্লেদো।
মপোক লাংওন অমদা 'মাগী লমন শিংজগে
লাংওন মপোকসিমগী অরোই' বিদাই নিজরি।"
পলেম মমা অপোকপী বিদাই পীবা ওমদনা
মচা'উ চেজেং ক্কোন্দুনা মুজা'উ থাদোকউ য়াখিদ্রে।

× × ×

দারীদগী কূমথরে বৃন্দাদেবী খুরুম্লে
ইংখোন চিংথেক মরিদা মুজা লৈনা য়েংলক্লে।
হৈরাং পাম্বী কয়ানা পিরাং তপ তপ শিম্বরি
লৈরাং পাম্বী কয়াম্নু মুজা'উ চিংনা য়েংলক্লে।
("লৈকংদা শাৎপী উথম্বাল নপাম লমদম থাদোক্তুনা
লৈকং' লৈরাং হুপ্লেক্তুনা ঈপাকয়ায়দা কূম্নগেরা?"
"চেংলৌ হেনবী তুনানবী লৈরাং কুন্দো-মায়ঙৌবী
লৈরাং' লৈকা ফনজবা শিংঙেল অরেম্বা ওইরেদো।)

অথাং কনবা লংপাদা লৈরাং নংবু লেংলগা
মাঙ্গ'ই ঙক্তা হু'রুংবা ফংলরোইকো মপোকসিগী।"
"শাংঙেল' শক্তি উত্তনা উনালক্তা লোত্তুনা
লৈনম' পাওথাং চেন্দুনা সুজা এবু খাম্লিবোই!"
চীনীচম্প্রা মখোংদা থম্বাল তোয়না কপচরুই,
খন্না অমুক থোরক্লে পম্লৌ শুমাং তুংওইনৈ।
লায়র খাংপোক ওন্দুনা সুজা লৈনা য়েংলক্লে
খাংবা ঙমদ্রে খাংপোক্তা মালেমলৈদা তুদোরে।
"পোকপদগী নতম্বাক্তা চাউরক্লবী নমোম্নি
ঙসিদগী কান্নবেকো লৈবিহোন্নো পুকফবী।"
সুমদাংরাইগী মালংনা পুক্লিং তম্না ঙমদনা
সুজা মতৌ উবদা নিংশা ফৃয়না হোল্লক্লে!
পামেল উনা খিবিক্লা রাংলৈ মিকুপ অমক্তং
পাওমেন্নসি মতাগুম থৃলাম তোয়না কৌরক্লে।
পামেল উদা য়েংচবী উন্নী ন্নান্নী খিবিক্লা
মালেম থক্তা ওনথোইনা সুজা'উ তোয়না খাম্মক্লে।
উখোং থৃদীং কোন্দুনা লৈখোং থৃদীং চংত্তুনা
হীরু চীংগোই পাওমেন্ন সুজা বিদাই লৌজরে।
খন্নায় থোংগান য়োরক্লে লৈহাউ পাম্বী কোন্দুনা
সুজা হীরু কপলিন্ডে অরোই' বিদাই নিন্নিডে,
অন্নাপ্নদ'ই খোঙ্গেল'মা হীক্লা তেংথা নাওইনা
নিংঙোল নাপদা জারক্লে সুজা খোংলৌ' তারেদো।

---

Rasiyan begum
with
Abdul Jalil Shah

## খংনা খংনা চৎখবে।

——( * ——

"খোয়নৌ ইতা চান্নবী ঐখোযপৃম্বা হুন্দোকতুনা
চৎলগগে কদাইদা ঐযোয' করম লৈহৌনি ?"
ললিতানচিংলবী লৈকাই মতা ময়াম্মক
শানৌ খোংকাপ তফিং তফিং থম্বালনাক্তা চেল্লক্লে।
"চান্নরবী ইতাশা লাইবক থীবী ঐহাক্তি
শঙ্গুদগী কায়নরবী চেক্লাচাদি তেনরাগুম,
হন্দক মপোকসিমগী খোয়নৌলক্তা তিল্লবোই
ঙসিদগী নতা ঐবু অমুক হন্না উরবোই।"
"সুংশিদকো ইতাবোই খোয়নৌ নংগী মৈচাক্লা
অহল ওইবী ইমাদি থাম্বী 'থক্তা ঙোহৌরনি।
ইতা নংনা চৎখ্রগা নতা ঐখোয়' ময়াম্না
করম লৈহৌ হায়রবগে চৎথিন্নুবা য়ার'দি।
ইতা নংনা চৎখ্রগা কায়না মৈনা চাকপনা
লোয়নবী নতা ঐখোয়দি করি ওইহৌরগনি ?
চহী কুমজা খুদীংগী হরাও কুম্মৈ থোরকপা
ইতা নংদি য়াওরগোই 'খোয়না করম সুংঙাইনি ?"

'নিংথৌ মনাই 'ভম্বশিং পোকপদগী ইতাদি
ম্ন ভাই' শক্নক ফংভকত্রবা মুজা লাইবক থীবীনি।
চা দু মানা পেম্নবা নিংভোনচাবু করম্না
লৈবাক্না চুশিন ওইগনি ইতা পীরোই ঐখোয়না"
খুজেং পালোইনদুনা মুংশিরবা মতাবু
নাখোকখিনি মভাংগুম পল্লোন তরেং কোয়থরে।

"ইমোম মানবী মুজাশা তৌরি' থৌরাং অসিবু
ঐখোয় খাইনা শীনবরা মপু মাগী লীলানি।"
"মপুনা পামই হায়দুনা চীংভু মানা ইকথেংননা
থোদাবকপা য়াওবরা ?" মুজামখৈ শাউরক্লে।
"মৈত্রবাকী লাইয়ামসে মনীং মথা তম্মনখ্রে
লাইত ইনবা য়াওদ্রবদি লম্ব হেক্তিল্লক্লনি।
অম্নম খরা লৈর'দি লাইজনুংদা কুমদুনা
ইপাল্লাংফাও য়াররোই লোইবা চীংদ'উ কানীংঙে।
খরা লৈর পঞ্জাও কায়রে অভাং চাগে মহায়রে
খরা লৈর থোংজাউ তেক্লে চুবাল্লাল্লোই কোয়থা-থা।
পাৎচাবনা লেয়ে ফাদ্র লুপা থাউজাউ হৈথবা
লাইগী চাকথাক হুনবদা মৈত্রবাকসে তুম্মনি।
অম্নম অম্নম কুইর'দি লাইগী মচৎ লোদুনা
তাইবংমীম্ন তম্ম'অনি মৈত্রবাকসে য়াররনি।"

"হায়হৈদেদা ইমোমশা অঙাং নারা ওইরিবনা
পায়মা রাথল থেল্লিবীনি লাইদা নিন্দা তৌহৈদে।
মপু সনা য়াথংনি থেংখ্রগনি লৈহোরো
'খোয়না হেন্না মুংঙাইতে তংঙাইফদবননি।"
"মপু সনা য়াথং ওই য়ারো ফ'গুম মুজাবু
হেক্তা পুবা য়াবরা তরা চামিন্নখিনি।"
পলেম্মাদি লায়রবী রাহৈ মচেৎ মচেৎনা
কাঙ্ খোঙ্গেলগুম' য়াব্রানা কপ্না কপ্না হায়রকই।
"ইমোম লাইবক থীবীসে মতাবোই ময়াম লোয়নন
তরা চাক্লুক অমত্তং চামিন্নহঞ্জখিগে।"
"'ঙম্বা মথূৎ চল্লবা মুজা মাবু করম্না
শিন্নগনি নখোয়দা পনবা য়াদ্রে পূরনি।"
য়ারা খোঙ্গেল কন্নপ্না প্রানামসিংনা হায়রকই
"সনা কোম্মুং য়ৌরগা মবুক পেন্না পীজনি।"

\+ \+ \+

"কায়নরসি ইতাশা" মতাশিংদা চিংনা য়েং
মিৎলু পিরাং ঈরোইনা অরোই' বিদাই নিরক্লে।
"পিশক পীক্লিভৈদগী লাইবক থীবী মুজানা
ইতা নরক তিল্লকপা রাহৈ কারন চন্নখিবা,
খোয়থা লিম্বা লৈরম্বা লুগ্রাচাদি লমহেনবীনি
বারক্তবী চীংগাংবীনি অয়েক অরান ঙাকপিয়ু।

থম্বালনু শৈরেং

তাইবং পুন্সি পোলোইদা মৈতাম্ন রাখৈর'ফাওবদা
কাউওমদবা রাখন্দো নতা ঐদি থগ্লদে।
খল্লু-খল্লু' কাউওমদে খোয়দানবী ইতাশা
চহী' কুম্মে হৱাউদা নতা ঐবু কাউবি'মু।
কুমগী মতম ওইবনা নিংথমখাস্নু ওইরক'অনি
শীনৌ লশিং উরক্কনি কপত্রেং মিকপ তারক্কনি।
শিন্নাইরেং থানদুনা তরেং লৈকাই কোয়নবা
লংতুম মশীং তাম্নবা থম্বাল ঐদি য়াওররোই।"

মতম্নদি ওইশিল্লক কপচৈ চোংজৈ কান্নদা
মুজা লাইবক থীবীনা ময়াম পূম্বাবিদাই ওইনা,—
"পলেম ইমা পূকফবী নচা ঐবু থাদোকপিরো'
"চেগী ইবুংঙো নান্না থম্বা লৈহৌরোকো 'চেগী তম্ফা!'
'ইমা ইন্দোন ইচেম ইনেম লেংমান্নবী ইতাশা
লায়রকোনসে লৈকাইনা য়েংবিয়ুকো খম্না খন্না।
অরোইবদা নিজরি থম্বাল লাইবক থীবীনা
মৈতৈচনু শেংল'দি—ঐগী য়াইবী কৎলগা,
মৈতৈ ইমা লৈবাক্লা সুংঙাই য়াইফ মরাং কায়
মন্না তপ্না পানসনু অরোই বিদাই নিজরি।"
চৎখ্রে থম্বাল চৎখরে—ওম্ন থোইনা কপ্নবা

## থম্বালগী শৈরেং

য়েংনা য়েংনা চৎথরে পুন্সি লমথুং য়ৌনবা,
য়াইবী থরায় মাংগনি খংনা খংনা চৎথরে !
"মাগী ইমোম ইবেম্মা লাংলেন মচা থোইবীনা
কবো শেম্বী মীরৈপুং তুমুব্রাকপা মকাদা,
সুংশি মশুংলাং'দমক লোইদাম কয়া খাংলুবা
চারু চারু লেল্লুবগুম থম্বাল নংদি থনথ্রমাল্লে।
হল্লক'অক্লোই অমুক হন্না থম্বাল নংবু চৎখিনুনে"
পলেম্মানা তোয়না থাম্বা তানা তানা চৎথরে।



Miss Rasiyan Begum
with
Mr. A. ...

ওশুবা শৈ ন।

মতাংবা।

থম্বালম্নুবু পুখরে—সনা কোম্নুং য়োৎরদুনা
নিংথৌ সনা থূয়াখাদা প্রনামসিংনা হঙ্গৎলুই।
সেলুংবা মপাও তাবদা লাইনিংথৌনা হায়রকই—
"থাবম লাকপা অচানবা মশানা য়ানা লাক্লবী,
ইমোম শকপী মুক্সাদো মাগী চেংলৌ উনীংদ্রে।
নিংথৌ ঐগী ইনাক্তা অমুক পুশিল্লক্ল'মু
'চাগী মশক উবদা থম্মোই পুবা য়াররোই।
লৈবাক্কীদমক ফনবা ঈরাৎ থৌরম কায়দনা
নংনা শোয়দনা পাঙজরো 'ওম্বা মনীং তমজরো।"
সনা য়াথং পীখরে—হয়েং ইমুং ঙানবগা
চীংঙু ঈরাৎননবা থৌরমপুম্বা লাংখরে।
মতাং অসি য়োরবদা হায়ন' মুমিৎ ঙাইখ্রবা
শরী পন্দোন লোম্নখ্রবা মুহোনসিংদি কমদোরি?

ওস্থোকইদা মুহোনসিং নংগী থম্মোই মনিদি
চেল্লাক চেম্ফোইনথরে নংদি করম খাংহৌনি !

× × ×

## হায়রম্মীদো মহাক্না 'কাউঙমজদে ননাওনা !'

—:( ০ ):—

(প্রাখং আশা লৈকোন্দা চীক্লা লোম্না থাজবা
লৈরাং লৈশাং তম্বদা মুমদাংঙ্রাইগী তাপ্পাদা,
মালিন পম্বান লানখ্রিঙৈ খোইমু কনা উদ্রিঙৈ
লৈরাং চারা ফকতুনা হুড়ুনা পূগে থনখ্রবোই !)

অদুগি তাংলৌ 'থেংবদা লুথুম কাগী ফমজাউদা
মুহোনসিংদি য়াতারি তাদ থংদবনিনা ।
'থম্বাল কৌবি মুজানা দোলাইথক্তা তোংতুনা
হাওরৈ খাবু পাংবদা কেনা মৌনা চৎথরে !
তুংওইননা মুহোনসিং মুজা মতুং ইন্নরি
ওস্থোকপনি মুজানা হন্না হন্না য়েংলম্মী ।
থরা অমুক চৎলগা শুক্ল' উমং অমদা
মুজা মাদো মাংথরে লম্বী মকম থংদারে ।'
অস্তুম তৌনা মুহোনসিং খোাল্লেন মংলানচাহুদা
অরা খুদম উৎলরে রাশক পরৈ থোক্তোরে ।
'মুহোনসিংনা মতুদা হন্না হন্না কৌরক্লে

থুম্মকত্র'দা নুজানা কৌনা কৌনা তান্নখ্রে।'
ঙাইহাক অমুক লৈরগা রাংল' চাংদান তমদা
মুহোনসিংনা কারম্মী থম্বালনুবু কৌরম্মী।
অপাম্নদ'হ নুজানা—চেংলৌ শক্তি উবা লৈতে
অরা-খোঙ্গেনা লাউবগুম মুহোনসিংনা তারম্মী।
"শাবী 'বুংঙো নুংশিবা নংদি লমদম তামহৌরে
ননাও লাইবক থীবীদি তাইবংদগী পল্লান্দোরে।
নুংশি সেবা ভোদুনা পুন্সি লৈপুন ওইনীংবা
লাংওন মপোকসিমগী ফংলোইদোরে পাম্মুবা।
শাবী শানৌ লাইবক্তা লৈপুন ওইয়ু তমদবনা
নীংবা কায়না চৎচরে নুংশি বিদাই লৌদনা।
পুন্সি ঈপাক রাংমলান লৈরাই পঙ্খক য়ৌরফাও
থম্মোই খোইরী নংবুদি কাউজদেকো ননাওনা!"
নুজা উত্রে মুহোনসিং অঙাওবগী পান্দমগুম
কোয়য়েং কোয়য়েং য়েংলক্লে মিৎলু ঈরা চেন্দুনা।
খোঙ্গেল 'মনা অমুকস্থু মায়গৈ সিনি থাঙমদা
'ইতাও ইতাও' হায়দুনা তোয়না তোয়না কৌরক্লে।'
মুহোন তাইবং মঙফাওনরে ঙরু ফুক হৌগৎতুনা
ঙাইহাক রাখল ভৌরক্লে-'করি মঙনো অসিদে!'

* * *

## লৈশাংখোং

-(০)-

লৈশাপাম্বা অথোবগী লেৈয়ে ঈবেন ঙায়োকখোং
মৈতৈচন্সু থম্বালম্নুগী য়াইবা থরায় কৎনখোং
তাংথক নাইদ' লাইজনা খোংনা লাউনা চেস্থবি
অকিবগী মতৌ ওই ঈশিং' পূন্নং লংখরে।
পেংবাকাবী থিংঙেলগী লালুম্নানবা খোংয়াদা
মুজা তপ্না কূমথরে মায়গৈ লৈনা য়েংলক্লে।
মুজা মতৌ উবদা লৈবাক প্রজা অপুম্বা
মিপাই থাবাইনরক্লে শাই শাই তুজুংনরক্লে।
ইমুং ঙানবা কোয়োসু মুজা'ই বলি য়েংহৌদ'ই
চীক্লা ঙম্না থোরক্লে নোংপোক মাইগৈ পাংবদা।
অথাপ্লদা চীংশাং কয়া তুমিন তুমিন য়েংলক্লে
পামেল উজাও কয়ানা চীক্লা চপ চপ লেপথরে।
পোম্বী চেক্লা কয়ানা মঙ্গল ইশৈ শক্লক্লে
নোংদোম্বকী লাইয়াম্না পিরাং তপ তপ শিস্থরি।
(চীংদা শাৎপী ইঙেলৈ থম্বাল মতৌ উবদা
লৈরাং শাংবা ঙমদ্রবোই মালেমথক্তা হীকথরে।)
লৈবাক চোম্না তিনথরে—পলেম মানবী কয়ানা

থম্মোই পুঁবা ওন্নদে-পল্গৌ মানবা কয়াম্নু।
লেংমান্নবা কয়ানা মুংশি মুংশি হায়নখি
পাখং ওইবা কয়ানা পাম্মুই পাম্মুই শোন্নখি।
লোইবী চীংমাই কয়াদা হাজং চাবা শরূপশিং
তিংগোই হানৌ থৎখিদ্রে মুজা'ই মশৌ উবদা।
ঈপক্লা খোঙ্গেল পীরক্লে—"কপোকখো লৈজ'পুম্বা
নংগী হায়বা খাক্তনা তাইবংপানসে মাগী ওাক্লি।"

+ + +

মুপীচাগী থম্মোইদা নীংশা নীংহন্নবনা
লিম্মোইওবী ওইয়ু তম অকন'থৌনা হাপখ্রবোই
"লৈবাক প্রজা পুন্নমক মৈতৈ'মানা রাবদা
মচা ঐথোয় কয়াগী অন্না শরূক ওাক্তনি।
লৈবাক মাংব'ই মহুত্তা মুজা য়াইবী কৎলগা
কোকদবা লৈরবদি ঐগী লাইবক ফবনি।
মৈতৈ প্রজা খিবিক্কী নহুৎ নরেং শিন্দুনা
চনু'ই য়াইবী কৎখ্রগে ঐগী শরূক খন্দনা।
লায়রকোন্দা পোকপীনি লুখ্রাকোন্দা চাউবীনি
মীরম্নেনগী মুংওাইবা মুজা ঐদি থংজদ্রি।"
তিন্নরিবা মীয়াম্না মুজা পূকচেল উবদা
মৈতৈ পূকচেল অসি ওইরে থাগত্তবা ওন্নদে।
"লাইবক ফবী থম্বালনু পোইরৌ পান্নান চিদাইদা

থম্বালনু শৈরেং

তোমথিন শাংপী শীংঙেলগও মৈতৈচনু অশেংবী !
পৃকচেল চাওবী নহাক্না মনুং মতম চাদনা
মাংগদবা পাম্মুইদা কল্লকইদা কল্লকই।
থল্লাইমিগা কোন্নবা হকচাং পোলাং অর্তু দ
তাইবংদগী মাংখ্র' ন য়াইবীমের মৃত্যুনা।
শিদ' নংগী কোলোয়দি মুজা লীচং মীংথৈদি
মতম কয়া কৃইনা শাংনা মৈত্রবাক্না কাউররোই।
থৌনা ফবী নংগুম্বী লিম্মোইগুম্বী কয়ানা
মৈত্রবাক্তা পোকতুনা-তুংগী য়াইফ থল্লবী,
মৈত্রবাক্না রাবদা শয়েং পাম্মোম তিংজুনা
চোংথোক্ল'দি লৈবাক মাংদা লাকচবিন' লৈরোইদা।"

ঙসি চত্তোরে থম্বালনু
তাইবং পুনসি থাদোক্তুনা
মাগী ফজবা চেংলোদো
ঙসি উবনা লোইর'নি।
ঙসি তৌনবা বিদাইনা
অরোইবা বিদাই ওইর'নি
থোৎনা মেঙ্লবা হকচাংদো
ঈপাকয়াইদা তিনখ্রগনি।
হে মৈত্রাক্তী চম্মুখা
মৈতৈচনু অশেংবীও-

## থম্বালনু শৈরেং

লাইরেম্বীগী শায়োম্বু
মীয়ম্লেন্দা লাংওনবীও !
ওইজ ভানবা মীওবইদা
তম্বীরম্লে লাইরা অমা
'অপাম্বা মংগী থাদোকউ'
নহাকী শিন্থা পাংছুনা।
ওইজ রাখল থাদোকপীও
মৈত্রবাক্কীদি মনিরে
মৈতৈচন্নু কয়া কয়া
নংবু কাউরে ওসিদি।
মৈত্রবাক্কী লৈকোনসিদা
থাইনগী লৈরাং শান্তরে
মীয়ম লৈরাং চগম্নবী
লৈকোন অসিদা শাৎলরে।
মীরৈবাক্কীদি খোইমুনা
লৈকোন অসিদা ভুংলরে
মৈত্রবাক্তা শাৎচরম্বী
লৈরাংগী লৈশক হোংখরে।
অনৌবা পাম্বা জাতিওই
মমা লৈমা কাউথোকখরে
মৈতৈ শাইগোম্নুং অসিদা

### থম্বালম্ন শৈরেং

হৌংশা লীচৎ থাখরে।
লৌইবী লান্না পাইরক্কুনা
লম্লানবা কয়া ভিল্লরে
মীরমগী চেক্লা কয়ানা
মখোদি পোওনা খোংলরে।
ওম্মোকপনি লৈত্রবাকসে
অরি অনৌ শিন্নথরে
লৈজরম্বা মরল কয়া
মতম ঙীচেন্দা ভিনথরে।
ইমাগী ফজ' চেংলোদো
ওসি নৌনবু মাংখরে
মচা ঐখোয় খিবিক্লসু
ইমানা হায়বা ইন্দরে।
মীরম মচা ফনবতা
ঐখোয় পূম্বনা হোৎনরে
অমত্তা ওইবা রাখন্দো
থম্মোইম্নুংদা চেন্নদরে।

---

# থিংঙেল খিংবা।

"ঙসি গুরু পুন্সিবা চীংঙ্ ইবুংঙো অঙানবা
পাপচেন্নবী ননাইনি মুজা ইথৌ পাঙ্জবা,
অকায়-অপন পীবিয়ু" নোংপোক মায়গৈ ওন্দুনা
লাইজ খুজোক কক্লুনা থম্বাল মুমিৎ খুরুমজে।
"নোংপোক নিংথৌ পাম্ভোইবা ইমা লৈমা পাম্ভোইবী
নশাইকোনগী, মুজানা অথাপ্পদা খুরুমজে।"
মায়গৈ ঙাকপা লাই তব্না থম্মোইমুংদা নীংজনা
মথংশিংনা খুরুমজে-ঈরাই লৈমা খুরুমগ্রে।
"হা গোবিন্দ ইবুংঙো অতোনববু লানবিব।
ননাই লাইবক থীবীনা চরনখাদা খুরুমজরি।"
অরোইবদা মুজানা রাংব্রেল থাগোম্নরক্রে
ওম্ভোকপনি তাপ্পাসিদা খোঞ্জেল অমা তারক্রে।

("হা ইবেম্মা মুংশিবী পাথং থরাই ওইব্রিবী
রাংলেন মিকূপ অমত্তং পাথং লাক্রে ঙাইরমখো।
থরান্ন নংনা চংগ্রগা পাথং ওইবা হকচাংনা
তাইবংপান্দা কয়ম্না কনা য়েংতুনা লৈহৌনি।)

থম্বালনু শৈরেং

ঙাইরমখো থম্বাল ঙাইরমখো পাখং য়ৌরকফাও দ
মুজা য়াইবী কন্নবা পাখং য়ৌরক্কদোরে।"
মাঙ্গু খোনফম তাবদা মুংশি রাখল নোহৌনা
থম্মোই থম্মোই শিন্নরমদাই রাখল লংজিল লোৎখরে।
থম্বাল করম তৌগনি থম্মোইমুংদা লাক্চবা
মাগী পুন্নমক্তি খজ্ঞরবা-মুংশি খোংগুন জীরক্লে।
পাখং য়ৌরিক্লবদা চীংগোই পাওমেন্নদনা
পুন্সি বির্দাই লোদনা মুজা কন্নম চুৎকনি।
থম্নকম তৌফম খংদনা মুংশি রাখম্ম ঙাওজুনা
থম্মোই খুতুম শুর্থক্লে ইকাই ইক থংলক্ত্রে।
"ইপা ইপল পুন্নমক খাম্নদা গ্রেবু কোতুনা
চেল্লক্লিবা পাখং অসে মুজা এগী চারবনি।
ইশুংলাংগী ঙাওতুনা এগী খোংগুল জীরক্লে
থম্বাল ইনাক য়ৌরকত্রিঙৈ মুজা য়াইবী কপ্পখ্রগে।
পাখংনা এগী ইতুংদা কায়ন রাখম্ম ঙাওতুনা
য়াইবী মাংগে পৌম্বাংল'সু চৈবাক্লা মাবু কনবিমুক্কো।
পাখং য়ৌরকপা ঙাইরবোই মুজা'ই নিংবা কায়রনি
মুংশি চেংলৌ উত্রিঙৈ মুজা লোম্না চৎখ্রগে।
অরোইবদা মুজানা মৈতৈচমু শেংজ'দি
মপোক লাংওন অমদা খ্রেবোং ওইনা-খ্রেরক্কে।
পামেল ওইনা লাংওলগা চৎকিমল্লা কম্না চুপ্না
মৈত্রবাকী কুম্মেদো ইমিৎ পেন্না য়েংলথিগে।

थम्बालनु शैरेং

মপোক লাংওনসিমগী মুজা ইথুৎ লোপ্পনা
তাইবং পুম্বা নীংশিংনা অৱোই' বিদাই নিজৱি।

\+ \+ \+

"চীংঙু ঈম্বাই নিংথোও ননাই মুজা তোল্লবীনি
পাঙ্গল শোনবী পংলবীনি লৈজদবীমুনি লায়ৱবী।
লুম্বাকোনগী লমজানা ব্লাংব্রেল নংনা পেন্নবা
মুজা ঐগী ইকমদা কচ্চনীংঙাই লৈজদে।
লায়ৱবী ঐগীদি থৱাই হকচাং নত্তনা
নংগীদমক হায়দুনা করিমত্তা য়াওজদে।
মিৎকী পিরাং ঈরোইনা থম্মোই অসি কচ্চরি
মৈত্রবাক্কী অৱাবা কোকহনবীয়ু থীন্দনা।"
অসি হায়না মুজানা মখুৎ অনি লোয়রে
হাওরৈ থাবু ওন্দুনা মিৎলু অনি উইশিল্লে।
মতম তাপ্পা ঙাইৱকপা থকলোমদগী ঈথক্কা
ঈপোম চাউনা তকথৱক্লে মুজা লুত্তোন থুমরেখ।
ঈথক ইরৈ অমনা লাকশিনথৱে মুজাদো
লৈবাক থুপ্পা হোত্নুনা থিংঙেল পম্পাও লৈনাপখ্রে।
তিল্লৱিবা প্রজাশিং মুপী অঙাং থাক্তুনা
থম্বাল আত্মাশান্তিগীদমক লৈবাং খুজোক কৎনখ্রে।

---

## কনান কনবা ঙমগনি।

—:( • ):—

ঈথক ইয়াউ তপথরে তাইবং খোল্লাউ অমদি
নক্ক অসুম তারক্লে লৈবাকপুম্বা ঙক্লরে।
কয়ম্নোনে কয়ম্নো কায়ন মৈনা চাক্ত্না
মুংশি য়াথম ঙাওদুনা হোৎচিল্লক্লে, মুহোনসিং,
লৈবাক প্রজা কয়ানা 'তপথৌ-তপথৌ' থেমজিন্না
লম্মথাংদা মুহোনসিং ফাজিন্দুনা থমখরে।
"লৈবাক প্রজা পুম্নমক ঐবু 'মুক্তা থাদোকপিয়ু
কল্লিমত্তা ভোজরোই ঐবু চিংনবীগনু।"
অসিফাওদা মহাকপু থাদোকপিবা লৈখিদ্রে
উপাই লৈত্রে মুহোনসিং লাংদা থু'গুম লেংঙমদ্রে।
"থাবম লাকপা মরূপলোই ফজেদকো নংগী থৌশিন
লৈবাক য়াইফ থনবদা পুকচেল তিংবা নংদনি।
পুকচেল নংগী উবদা থাগত্তবা ঙমদেদো"
চীম্বাম্থোংদা মোমোম্নোক ওনশিল্লক্লে প্রনামদা।
"লৈবাকী য়াবা কোক্লবা নংগী থৌশিন উবদা
মুংঙাইরেদা মরূপলোই থাগচ্চরি হন্না হন্না।
মরূপকী খুদোল ওইনবা পান হৈয়াং থরদং
পুজরক্লি লায়রবনা লাঞ্জনীংই অত্তবু,

থম্বালম্নু শৈরেং

লায়রবগী ইতৌসিদা লৈবাক্লদি চিংনবিরে
কৈদোবগে মরূপলোই থাদোকহল্লু 'মুক্তনি।"
নাপল চাউবা প্রনামসিং লায়রবা মপাও তাবদা—
"নুংঙাইদকো মরূপলোই লাও লাও কোম্নসি।"
মরূপ'নিদো কোম্নখ্রে বাংলৈ মিকূপ' মতুংদা
কমদৌথি'নো থংহোদে প্রনামসিংনা 'আ-া-া,-'—
খোনফম কায়না লাউরক্লে—পান হৈবাং ইন্দোবোই
নাকথংদগী ছুরীনা থবাক ঈরম ফাৎখরে।
"নিংথৌ মনাই অচানবা থবক কনবা মীহিংচা
নুপী থাৎপ'ই মনানি নবুক পেম্না চাহৌরো।"
হায়রম্লগা মুহোনসিং থম্বালখোং তম' চেনখরে —
"বাংলেন মিকূপ অমত্তং পাথং ঐবু ঙাইরমখো।"

+ + +

"আঃ ওম্লোকপনিদা থম্বাল,—

'ঙসিদি অনৌবা পুনশিগী য়াওন্দা
কায়ন-মৈরিনা চ্ রবা ঐগী থম্মোইদা,
অরা ঈপাক্তা তাউবা পুনসি' বাংলেন্দা
উরম্মীদো নংবু ঐনা ঐগী মঙলান্দা।'

## থম্বালগী শৈরেং

শেংনদনা মুংশি ফিগৈ মতম চানা
লম্মখাংদা লৎনপুনসি ওইনদুনা,
তৎনদুনা তামখ্রবদা উন-উন
নীংশিংলুবা কন্নিগীনো অরেম্বদা ঐনা ?

ওলাংথাগী য়াক্লবা মুংশাগী মৈচাকপুস্থু
ইংতনগনি'মুক নোংজুথাগী লাইজনা মালেম্ব,
নীংবা কায়্না তত্তনা মানা কপচবস্থু
নোকহল্লি শরৎকী-থাদা নোনা 'মুকস্থু।

ইপোমহোনা নিংখিবা থাবন্দা শরৎকী
কমদুনা ইংলবা মথোংদা মালিকা পাম্বীগী
শকখিবদো ইশৈ'মা নোকমিনা মুংশিবগী
তত্তনা ওংলব্রি থোম্লেন্দো নাকোংদা ঐগী।

(অরা পুনসি লেল্লুবা নাকেম্থাগী উপান্দা
য়েম্নীং হুল্লকই 'মুর্ক নোনা বসন্তা,
ওসি ঐগী কংখ্রবা থম্মোই উপাবন্দা,
শাত্রে লৈরাং লৈকা কন্না 'নোবা বসন্তা। ৮

থম্মোই-ফৈরাদা তোংদুনা ননীং ভোনা
মিকুপ থুদিং খোংলম্বদো নখোঁপোঙনা
থম্মোই পান্দবা সুংশি হৈভব'ই তেনবু কিদুনা
চেক্লাগী কায়দোংফম হোংথ্রমাল্লে কিদুনা।

অঙকপনিদা তাইবং মঙলানগী পুনসি
প্রলয়গী প্রতাপকুম্নবা থাবন্দো শরৎকী,
খল্লুবগা হেন্না চাকই মৈচাক্লা নিংঙমন্ন'গী
নিংশিংলকইদো থম্মোই মরুভূমদা সুংশিগী।

"জিংশি তাশোল ফংলবা মুজাগী থম্মোইদা,
সুংশিহৈভব'ই তেন্ন'মুক পাল্লবদি নঙোন্দা
হিংবা রান্ন'নি খন্দুনা নংগী পুক্নিংদা
থনখেৎদনা প্রেমগী মালা থদৎলগে হায়না।"

"ঙাইরমখো থম্বাল পাখংবু লাংঙন মপোক অদিদা
নংগীদমক হিংবনি সুংশি নঙুংলাংগীনি।
মুজা নংনা মমথ্রলা পাখং ইদোম হিংঙম্মোই
পাখং লাইবক থীবদু হৈনা মৃত্যুং ইল্লকে।"

